# যুগ অনুমাগি মউ

জি. সি. তোৎরা

# যুগ জানস্মাগি বাং

১। চাংয়েং মাঞ্জ

২। থাজবন লান্নৈ

জি, সি, তোংব্রা

নক্ষম :—গণেশ প্রিন্টিং, পাওনা বজার

অফোংবঃ
মোইরাংথেম কুলজিৎ সিংহ
সেক্রেটরি সোসাইটি থিয়েটর মনিপুর।






কপি মশীংঃ ১০০০
চহিঃ ১৯৮৪ এপ্রিল
মমল লুঃ ১২/-

# য়াম্লাং খুৎ

"যুগ অহুমগী মুঙ" হায়বসি সরকারন চে থর হোঙন লৈহনবী, শেনগী মতেংনু থর পীবিবদে কোংবদ খুদোং চারিবনি।

অসিদ য়াওরিব লীলাসি অনীনি :

১। চাংয়েং মাঙ্গ, ২। থাজবন লাইরে!

হায় হৌখিব লীলাশিংগ মীংয়েং মাঙ্গদব মঙলান থর য়াওরি। কনাগুম্বনদি মীংয়েং মাঙ্গদবগি শাওবিব য়াই লীলাশিংসি পাবিরগ নত্রগ উবিরগ। সাহিত্যগি পোৎনি শাওবিনব মরমদি লৈবিরোই নাৎজে। মরমদি কলা অমদি সাহিত্যবু Morality ন দারোগা ওইনা ভাকথম থোক্কে।

জি, সি, তোংব্রা

## লীলা ব্লাওখিব মীকোক

"চাংয়েং মাঞ্জ"

| | | |
|---|---|---|
| ১। | লাকপ | ঙাথেম ইবুংঙোহল |
| ২। | ভুম্বাকোক | শ্যামানন্দ শর্ম্মা. শিক্ষক |
| ৩। | কাওমচা | থিয়াম সাম্বী |
| ৪। | খোব কের্ণ | এল, ইনাওবী |
| ৫। | ৈকজাও | শ্যামো, কুলজিৎ |
| ৬। | হনুমান | এস, ব্রজমনি, ব্লেবত |
| ৭। | খুমু শর্ম্মা | ব্লনবীর মঙাং, গৌরকিশ্বর |
| ৮। | লাকপী | কুমারী তক্ষসনা, কুঃ বিমোলা |
| ৯। | লীলাবতী | কুঃ স্বর্ণলতা |
| ১০। | চৈস্লা | কুঃ কে, রানী |
| ১১। | এম ডি কুরেসি | ৈমপাক, কুলজিৎ |

"হাঙ্গবন লাটৈ্ন"

| | | |
|---|---|---|
| ১। | ঙাকুংব | ঙাথেম ইবুংঙোহল |
| ২। | শাকুংব | থিয়াম শাম্বী |
| ৩। | ঙাকুংবী | কুঃ মুক্তাবলী |
| ৪। | ঙামেমা | কুঃ রাধারানী |
| ৫। | মিস নেমলেস | কুঃ স্বর্ণলতা |
| ৬। | ডাঃ হিন্দ | শ্যামো খোকচোম |
| ৭। | মিঃ বেঙ | ব্লনবীর মঙাং |
| ৮। | হোটেল বোই | এস, ব্রজমনী |
| ৯। | ইধর-উধর | কুলজিৎ, ৈমপাক |
| ১০। | যম দূত | শ্যামানন্দ শর্ম্মা |

# চাংয়েং-মাঙ্

১/১

নুমিদাংবাইনি, লাকপৈ মাঙ্গোন্দা




(a) দা লাকপ ফম্লি, য়েংথংব পাম্বোম নোইরি তুম্বাকোক্ (c) দা লেপ মমা লাকপী শম্ভেং হাংলি। (b) দা ফম মেগাজিন অম পারি লীবা। মনাক্ত বেদমিংটন রেকেট অম লৈ। মমা মচা কেন শেং-লিংলি, লাকপগি মমাই তঙায় অম পাউদর থাবগি তৌথোক্লে। তুম্বাকোক্ খজাই অনি অমদি খদাংদ পাউদর তৈরম্বগি খুবীমুক পাক্ত মফম লৈ, লাইবক্ত সিন্দুর নম্মি ঙানে। লাকপন ফৈজোম কুপ্পা তুংদ য়েপ, সার্ট লিংলগ নেকটাই অঙাংব পূম্লি। D দা ফিয়ান।

(ফম্বাক্ত মৈ হেক ঙানবদ লাওব তায়—)

লাকপা : অয়োনহৈ! (শাওরগ মখুং নান লেপ্লি)

তুম্বাকোক : হা — হা হা — (কিচুন হন্দোক খিগংলি)

(মমা মচা ওক্তুনা য়েংই, ক্রীজদা লৈ ওহাক)

লাকপা : ঙাওরব্রা নঙবো তুম্বাকোক? খুং তেক্লবদি কমদৌনি অত্নক কম্ন থেকপ্রাও? করিগীনো?

তুম্বা : খিংতং কনখ্রবা! শোরী!

লাকপা : করি নুংঙাইতবা লৈহনা খুং থুদেক্কে তৌরিব্লনো? হা? নতেমাশিজন চহি খর নৌথরগ নদুক থেকপ্র ও?

তুম্বা : নক্তেদা তাঙাং— কদায়দৈ—।

লাকপা : অত্নদি করিগিনো — হকচাং নুংঙাইনব নোইব নঙন খুং থুদেক্লগ নোকইবনো? করিগিবো অশেংব হায়দ্রবদি ইমানী মতুং মনাও তিন্নব য়াদ্রে। মমা, ঐগি পোকলাওবিহ্ন পুখোরকউ।

তুম্বাঃ ঐবু কদায়দৈ— শোইখিবনো — খঙহৌদ্রেনে—! (ঙকই)

লাকপী : মীবু ৱাহন-নাহল্লগ নুংঙাইব নোক্লিংবক্তাংতু ওইরিদ্রা —মখোয় পাবুং, পোকলাওবিমক্তি হাকর্মল্লি।

লাকপাঃ হায়দব য়ারোই মরম অশেংব পীয়ু মাইব?

তুম্বা : চপচাবা অশেংবমক্তি খঙজহৌদ্রে তাঙাং, ওইরস্ন য়াবদি ঐখোয় ইবেম্মা লীলাবতীন বেদমিংটন শান্নরুগে হায়ব্রন লমজাউদ চংপহ্ন পাখঙ অঙাওবনা উরদি লক্লরক্লনি, মহ্ন ঐন উরবদি মখুং থুদেকনি খল্লুব তায়—কাওহ্নন।

লাকপা : ঐবু পাখঙ।

লীলা : কাকা তুম্বাকোক, লমজাউদ চংপ পাখঙ অঙাওবদ খাম্মুন্নু। নীংবা থুংদব কয়াগি লমন নঙোম্দা খুমজ-রকনি। ঐখোয়গুম্বগিদি হায়ব—: লমজাউদ পোংঙ

চংলিবসে থাগৎলক্নব নত্রগ লক্নরক্নবনে।

লাকপী : পাউচেদ নমিং য়াওরক্রবদি নুপামচা?

লালা: ইমিং চংপবু ফল্লনে ইমাশি?

লাকপী : কেত্নকা মনমগুম চংপদি খেদো, ম্যুনিসিপালিটিগি নালা অথুনবদি চক চংদবনে!

লাকপা: ফিজং লৈতেং, শাজং লীচংন লমজাউদ মীয়ামগি মাং-খোনবসিদি শরেং ভারেলদি ফাদুহুন তুম্বাকোক-খোয়গুম্ব থরেই অহামব লক, হেসপিটালবু য়োন-রয়ি. কয়া নারবনোসে।

তুম্বা: শোয়খিবনি তাঙাং ব্বারৌব য়াদে।

লাকপা: তুম্বা ইবো নঙ, অহল লময় অঙাং ওইরিংঙ লুন তৌ কেথোকহনবদে লম খর হেল্লকমনে?

তুম্বা: ইৎন্দ পোকই হায়হুন বাজিন খর নহাওইরিংঙ ইনাং ইখা ভমংনবদে ননাই ঐ জুজিক মীগী হকচাং খর নেই, পাথোন খর চং— হৈবোং মথাদা য়া কাথোক ও ইহুন লৈজরিবসিনি।

লীলা: নাংখা ভম্ব. ভাওব কৈব খৈদেনসন শাবসিস্থু কাকা তুম্বা ফন নুংঙাইরিনি?

তুম্বা: খৈদেন মুপাগি চৈস্থ খর চায় হায়বদনি লীলা, তাঞ্জা ফংলবদি ফজগ্রবি কোবি থমচেৎমায় শায়রিপোৎনি।

লীলা: কল্লকইহৈ কাকা তুম্বা, পুন্সিগি মথেল অমনি মহুস্থ।

লাকপী: নঙ পাবুঙথোয় উৎসবকি য়েঙ্খাং মথেল পাম্বদৈ শম্বল

কয়া ফাও, থানাদ হোসপিটালদা ফনা কুইন কুইন পোথাক্লরগা মমৈদ য়ূম নোং য়ুবসিদ, এলাং, পেক্লক সৌগ্রী হাওই হায়তুন পার্মেনেন্ট ভাররিবনি।

লাকপা: অহল লমন্ন থেংনরুবদ খওলকপ: "চাহৈদে থকহৈদে-ভোহৈদে" হায়ব পাউমেন নাচোমসিবু নহারোলন চিন্নু স্নক য়াগন্দবসিবু কনাগী শাপননো খওদে!

লীলা: শাপ নত্তে পাবুং. সরস্বতীগি কৃপাননি।

( ময়াম্মক মঙ্গোন্দা ওক্ল য়েংনৈ )

লাকপা: করম্না লীলা?

লীলা: মৈ পায়রুন্নু হায়তুনা পাউতাক অঙাংদা পীববুদি, মৈ পারহল্লগ শাব থেংনবদৈ মভুংদ পায়য়ু য়াদে।

লাকপা: ওক্তব কুমহৈ য়েংউন্নু, তাক্লন্নু, থেংনরুন্নু খাম্বা য়াদহ্নন লম স্নম হেলহনবদৈ –, মৈন পোক্লব তুম্বাকোক খোয়গুম, শাওন্নু প্রমাননি, মথন্দ থীজ্জরকখিনি হায়তুন কাও থারবদি সমাজন চৈরাক পীরক য়ুম্বান জুগোৎ চাগন্দে।

তুম্বা: খুদম অরাব হায়ববু তুম্বাকোক ঐনি ইবেম্মা।

লীলা: পুন্সিদ মথেল কয়া চারুবদৈ থেংনরকপদৈ অতুক শিংবিরব কাকান হুজিক মী অমা, নিপা অমা ওইনব হোংন মতমগি তোর্বান্দ অরাব খোঙ্গূন পাক মুং-লোইদব তাহৌনব তৌবিদ্রিব করিগীনো?

তুম্বা: মুংঙাইব পাম, নীংথা ভম, খৈদেন কাও শা লম

হেল্লবাদ ইপা ইপুন থনম্ব লৌ পরি ১০ তুমথ্রে।
লৌশিং থোনাদি লৈজরে, কারবার ভৌনব শেল্লেপ লৈতে,
মিংলেপ লৈতে : - হৈ লৈর থাং লৈত।

লাকপা : মচিনগ মখুংকদি লেপ্মি।

লাকপী : অহাওব চানংব চৌনপ, মৌগী মখুং থুদেক্লৌংব খুংক।

তুম্বা : ঐ মাংথৌরব মীদি নত্তে।

লীলা : করম্ব পজেং ফিরান ভান্নবিরিব ?

তুম্বা : ঐন হুজিক হোংনরিবসি মীগি মনাই কজবদ হামুক
লৈভব, অকাওবশিংগি মিংচং মাংহনব, অভৈমক ভুমজদ্রবস্মু
তাজমহলগুম্ব দলালগি ফক্লাংদ সন্থী ভৌশনব লৈখোম
চায়শিনবনি।

মপান্দ লাপ্লপ লাওরি: (অত্মমলক)

লৈশাবী পাথঙদ - নীংখা—তম্ব— !

,, ,,

,, ,,

লাকপা— পী, কিন তানৈ।

লাকপী : করিগিনো লাওরিবসিবো ?

তুম্বা : লৈশাবী পাথঙদা নীঙখা তম্ব পীমু, তুম্বাকোক ঐ
ওপ্পগে লাওরিবনি। ( য়েংলগ )

লাকপা : কনা কনানো মখোয়সিবো ?

তুম্বা : লীলা পার্টিশিংনি, পাখঙ কজব, লৈশাবী অকাওবী
লীলা য়াওহন্নু, অহল্লমম্ম থাম্বিমু সিনি।

লাকপঃ : শেল পীয়ুবু হায়ব নত্রবদি লাওসনু।

লীলা : এৰোয়রোমদা লাকত্রা কাকা ?

তুম্বা : লাকপা য়াই, ইবেম্মা লৈবনিনা। য়াওরুমুকো—

লাকপী : লীলা য়াওবসিবু ফত্রনে তুম্বা ?

তুম্বা : অওকপ খবক নত্তে ইতৈমশিঙ।

লীলা : লীলা য়েংবদি নুংঙাইদো কাকা।

তুম্বা : য়াওবন অমুক হেন্ন নুংঙাই, ফত্তৈব য়ানি।

লীলা : করি কত্রিব ?

তুম্বা : লীলা শান্নব অমুক্ত য়াওরুত্রিবাও ?

লীলা : স্কুল তম্মিথৈ অমুক অনিরক য়াওরুরে। য়াম্ন নুংঙাইরে কৈনো কাকা— কৈক্নু মৈন পোক্কে।

তুম্বা : অঙাং ওইরিঙৈদদি পোক্তব য়াই, তুজিক লৈশাবী দবল ফারব কান্দদি মৈনমক পোক্নবদু য়োংপী তীঙগংন য়ুজনি।

লীলা : কদায়দৈ তীঙখং ?

তুম্বা : লীলা কন্বাক য়োংপী য়াম্ন য়াওই। ইঞ্জিনিয়ার, ডোক্তর, উকীল, অফাওব কলাকার কয়া য়াওগনে। নীংব থুংত্রবা কোংহিলং য়োংপি অপৈব কাঙখগাঙন অয়াম্বনি।

লীলা : নীওব থুংত্রব কাঙখথাঙ ময়ামগী নীংব থুংহনগে তৌরিব লীলাশঙহুদি কলপবুক হায়ব নীংব-থুংহন পাবীহু ওইব তারে।

(মমাগ মপাগ ওক্ক য়েংনৈ)

লাকপা : নুপী, নংন নচা নুপীগি মগিং লীলাবতী হায়রন
থোক্ল্বসি লীলা পায়বদ ত্তারবদি কোক শাদৌরিদা

লাকপী : খঙদেনে ময়াইবক্তু ভমখিব ওইরিত্রা !

লাকপা : লাইবকী মখো লৈতে, ইমানীগি ইখোনি, লীলা
য়াওহনব য়াদে শন সংগোল মরক্ত।

লাকপী : লীলা য়াওহনব য়াদে, ইচানুপী লীলাবতীদি য়ানী
ওইংন্দোবনি মত্তিক চাব য়ুম অমগি।

লীলা : য়ানী ওইগৌদহ্নন কোত্নিক ফেং, লুখাক চগুম শেং
ফুঙ্গাদা শীঙ চাক্তব কাম্ব, মৈখু চুবহু তল্লিদা !

(কাওবি, খুনু, থৌব ইরাও রাও মোক্তাইঙদাই লীলা বফি, মেকঅপ মচাক বেগ অম পায়, কৃষ্ণচূড়াগি রাহোং মতু মকোক্ত থেং, খুমুন বাঁশী, থৌবন গিটার পায়, হৌ হৌ লাওরগা চংলকই। খোঙথাং মায়ন।)

কাওবি : লৈশাবী পাঙখদা

খ + থৌ : নীংখা ত্তম্ব।

কাওবি (শাওন) : লৈশাবী পাখঙদা

খু + থৌ : নীংখা ত্তম্ব—

কাও : পীদবা য়াদে

খু + থৌ : হোই—হোই।

কাও : লৈশাবী পাখঙদা

খু + থো : নীংখা ত্তম্ব—

কা : পীদবা য়াদে

খু + থৌ : হোই হোই !

(চংলকপদ লীলান থোংজিন ময়াদ কিয়ান্দ পায় লেপ্লুই, লাকপন মাং থা, তুম্বান মথংদ। লাকপীন তুংদ লেপ মনাকেং মেন্দুন লেপ্পি। ৩/৩ ষ্টেজগি য়েং-ওইদ লেপ ও.সৈ।)

মখুৎ নাম নাম থাঙ্গৎ লাওব অহুমহুন মখুৎ থাদবগ, মনাকোং মেনবা অহুমস্থু মখুৎ থাদ চপ চপ লেপলগ য়েংনৈ ঙহাক।

লাকপা : করিগিনো ইচাশা মখোয়বু তিংগোং কাংগোং ওল্লবা ?

কাওবী : পাবুং ঐখোয় রা মতং.. (২সু য়াও) হায়জনীং লাকচবা ?

লাকপা : ঐগি ইঘিং পাবুং কোদে, ঐগী ইচান্থপী লীলাবতীদন কৌনবনি। ঐদি সনা লৌই, তাঙাং, খুড়াঙাং. বাঙ্গি-ঙাং অপাম্ব অম কৌ. কস্তম ট্রেডিসন থুগাইগন্থু নহারোল।

কাও : য়ামঙং হংজনীং লাকপনি, (৩মক) বাজিঙাং।

লাকপা : কনাদ হংদৌরিব ?

৩মক : ইমাশিদ, শকহেনবীদা।

লাকপী : ঙাইখো তামোচাশিং, (কেথহুন ঙাংব) মখোয় পাবুং মাংদ ঐগ য়ারী শাবদি কয়া মুংঙাইরোই, বাজিঙাংদ হায়নীংবহু হায়রো, ঐগ য়ারী শানীংলগন অচীকপ থাবলদা।

কাও : থেঙক য়ু ইমাশি।

৩মক : বাজিঙাং ! ননাই ঐখোয় মুপী হায়ব লাকচবনি।

( ৩মক )

লাকপা : চুংইগো, নমাই ঐখোয় হায়ব য়াদে, নিংথৌ নত্তে ঐ. নচাশিং ঐখোয় হায়ব য়াই।

তমক : বাক্সিচাং, নচাশিং ঐখোয় সুপী হায়ব লাকচবনি।

লাকপা : নখোয়গী পাম্বিব সুপীসি মমারা মচায়া ?

তমক : নজ্ঞাইবেম্মনি।

লাকপা : কনাগিনো ? বর য়াওরকপ্রা ?

তমক : লীলা পাৰ্টিপি ?

লাকপা : পঞ্চ পাণ্ডবকি ! দ্রৌপদী নত্তে, লীলা য়াওহনব ঙম্মাই।

তমক : লীলা য়াওহন্দব য়াদে লীলাবতীবু। (২রক লাওই)

(চংপ্রগ লীলা শান অম ইল্লরগ খোরকই।

লাকপা : মরম চাব রা ঙাংনসি য়ানসি অরম্বদ লাওমু আন্দোলন তৌনু।

তমক : মরম চাব রাদি বাজিঙাংস্নু য়াবিয়ু।

লাকপা : মরম চাদহুন য়াদ্রিবনে। ইমুংসিগী লাকপ ঐনি, ইমুংসিদ লৈবি, ইচাসুপী লীলাবতী লীলা য়াওহনব ঙম্মাই। মরমদি নখোয়গি লীলা সুংঙাইগন্দে নরোল কাদে লং লং, থাংমৈ কংই অমুক মম অমুক ঙান, মী চৈব, সরকার লকুব, প্রোপেগন্দা প্লেজ লমচং-শাজং, থকসি-খাসি বাংপ কাম্নদবন হেল্লি, লীলা য়াওহল্লোই। নেক্কে হায়বগ মমা সনা নেকউ।

কাওবি : লম হেনব, চুমদব, অথীব লীলা কনান শাৱৈ হায়বগে ?

খুনু : নুপী নিপা, শাজং লীচং. দিসিপ্পীন ফজদে কনান হায়বগে ?

থৌব : লৈবাক্তী মঙ্গল ওইনব, অচুম্ব ফজব লীলা উংনব হোংনবদ মতেং পীদব স্নকয়া য়ারোই। বাক্তিশুংখোয় ইমু সিবু লৈবাকসিদ লৈবিব নক্রা ?

তমক : য়াওহন্দব য়াদে লীলাবতী, লীলাগি পোকপি। (ওলক)
(লীলান মথুং থাঙ্গং জগোই চোংই থেকই। )

লাকপা : ইবো তুম্বাকোক নশুবু লমহেন তুংহেনপি থবক য়াম্ন থেংনরব মক্রা ? লীলা মী শিংসিবু মশুলান্নদি ফজব অচুম্ব মাল্লি, থবক ওইনা ফজন চুম্ন থকসি-খাসি নায়ন চংনব্রাও ? নশুন অথশুবনু থব খুম্মুদনা। নচাসি চাওরবনিন নিপা মরক্ত লীলা শানব য়াওহনবসি ঐদি সহ্য কি-নহৈ।

তুম্বা : থকসি খাসি নাইব কাংবু, লীলা অচুম্ব ফজবদ উংনব হোংনব, মরম্নাই মুংশাইনব কান্নব থন্দন মৈয়ামগি সাহিত্য কলাগি ঈচেলদ লুপ্প কাংবুদি ভাংইদা ভাঙাং —। (মশুক হাই)

কাও : কাকা তুম্বাকোক্ত হিগাইরা শান্নহন য়াওহন্দবনি হায়ন লৌব ভায়।

খুম্ন : ঐথোয়গি য়াইক থৌসিদ য়ৈথায়ব পীব কাকাবু নহারোল ঐথোয়ন কৈদৌভম থোকই ?

থৌব : ওইদব ভাং, মীনম্ব শন্দোকপ লৈবাক্তি য়েক্তবৈ চৈরাক্তি

ঙাকক কক পাং তিংন কৌবা। নকি শেম্মা।

(এমক থমকা)

তুম্বা : ঐবু ঙাকক করুপ কৌগ হায়বা? করি লীলনো? মচুই ওইরবদি শরেং কাওব শানিংদে। ঐবু খর কম-বিরে। হরিবোল, হরিবোল! ইমাংন হেক উরকপ তৌনান তেক তাখিব অশেংব রা হায়দোকপবু করি ইরালনো যেগাই মাধাই?

লাকপা : ঙাইখা অঙাংশা, নিপাসি মতম থব হিংহনখিসি, ঙাকক ওনথ্রগ হায়ং তুদ নিংঙম্মক্রা য়াই। নুপীমচা, লীলাবতী!

লীলা : তাকপিসি পাবুং!

লাকপ : নচবু ইবেম্ম নবুংশিংসিন লীলা নেকপ নাকই, নমাবু নেরুব ওইরবদি ইপান চংনু য়াঙক হায়ব ওম্ম নংদি সামাজিক লীলাদ অওকপা ওক্তব থওদে মৌ শাও চায়রকপ য়াই, নবুওডো শাবতুন কাঁর থক্লম্নি চৈকু কমদৌরনি থওদে, ইপাখোয়ন স্টেজদা কাথং শামলবম্মু য়ারোই। নওবু লীলা য়াওনীংব্রাও? নখোয়গি নমারবশিংন শাওয়োইব্রা?

লীলা : পাবুং ঐদি কৃষ্ণভক্তি নৈজবনিন, সংকীর্ত্তন শকপ মফমদ ইবুংঙো মান লেংলকপনিন য়াওজনীংই। ঐবু খিংবিনব অতৈ কনা নৈজদে পাবুংন মাধাই শাবি-রবদি —।

লাকপা : মীবু নোক্লব, সরকারবু ছুম্বৰ, কয়েমকপাইনব লীলা মথোং ছুক্লবদমু শ্রীকৃষ্ণ য়াওরগ্রা ? (শাওন)

কাওব : ভপথৱিয়ু বাজিভাং লীলা পুয়মক ইবুংভো মাগি লীলানি। ঐখোয়ন শায়জব লীলা অয়াম্ব মহাভারতক শ্রীকৃষ্ণ লীলাময় ভগবান মাগি খুমুং ইপ্পব ভাকনি। (খুকউ নাম লৈতা)

লাকপা : নচীম্ন বৈষ্ণব শাবন কায়খোই, থবক য়েংগে চেঙ চঙিভ চঙদে। লীলা মভেক ১ উংগু-সিদ কর্ণ শাব হৈদোব য়াওগ্রা ? অমা চোংথোরকউ। গঙ্গা স্নান তৌদুন লৈরম্মু কুন্তী থায়কে।

খুম্ন : ভায়া কাওবি নঙ কর্ণ শাগেরা ?

কাও : ঐ প্রোম্পটর ওইগে, মহারথি কর্ণদি থৌবথাবুন শাবিয়ু।

থৌব : পৌরানিক কর্ণসিবু হৈগগ্রা ঐবো ! (তেম কাপ্প তপ্পি)

খুমু : হৈমনথ্রে, হেক্ক শাও ঐ তেংবাংলক্কে।

কাও : কুন্তী শাবিনব য়াওজরক্কে, ইমাশি ভহাক্রং রাইব য়াগগ্রা ?

লাকপা : য়ানি, সনা, ইমফি শেগাইব অম ইম্নু, কুম্বি ভহাক শাবিরো।

লাকপী : শাববুদি শাবিগে হায়ববু ইমফি শেগাইব ইনবদি তম্নি।

লাকপ : শাল ইল্লু—, রিহার্সেলদদি য়াই। ঐ মরেল তাকুক্ক কৃষ্ণশা ( মফি শাল ইল্লুই চৈশুপায় হন্নুবা শাকুই।) ওঁ তং শং! ওঁ তং শং অড়াংশা নাখোয়গী চুড়া অহেনব য়াওরকপ্র ? কাওব নংগিদু হাইব য়াগদ্র ?

কাও : ঐসু প্রোম্পটরনিন কৃষ্ণ অম শাজনি।

খুম্ন : (খাওইদ) অম লৈরে বাভিঙাং সি থোনবিয়ু। (উপশিনবি)

লাকপ : ঙাইখো ইবুংঙো খৈদেন শন, অর্জুনগি শারথি কুরুক্ষেত্রগি লৌবুক্ত অর্জুন্দ গীতা তম্বিখিব কৃষ্ণদুদি ঐন শাদৌরি। নঙন করম্ব কৃষ্ণ শাদৌরি।

কাওব : পান্দ পাম্নাও, শিঙইদ শিঙনাও তাবগুম কৃষ্ণইদ কৃষ্ণনাও তায়, ঐনা শাজদৌরিবসি কৃষ্ণ অশেংবদু নচ্চদে কৃষ্ণনাওনি।

লাকপ : করি লাইরিক্ত য়াওই, ঐখোয়দি অমুক্ত তাদ্রিনা ?

কাওব : শ্রীমদ্ভগবত গীতাদ য়াওরি'নি।

লাকপ : করম্ব অধ্যায়দ ?

কাওব : ১০ শুব অধ্যায় বিভূতি যোগদা।

হে অর্জুন, উ-শিংগি মরক্ত সনাথোংনাংনি কৃষ্ণ ঐদি, চীংশিংগি মরক্তগি হিমালয়, ঋতুশিংগি মরক্ত বশন্ত, তাশশিংগি মরক্ত অমদি লীলা তৌবশিংগি মরক্ত জোকরদু কৃষ্ণ ঐনি হায়ব থেংনবিব্রা ?

লাকপ : অং অং ! হ্যাতং ছলয়ভাগশ্মি, কেঙাস্তুভশ্বিনাগহম । জুরার যাহুগি অর্থহ অহুম্ব তাসকি জোকর, সার্কসকি ক্লাউন, লীলাগি লৌনমদ লৌরব । করে, জোকর কৃষ্ণনাও, লীলাসি খর চুম্ব ফজন শান্নশিংকো ।

কাওব : হেন্ন চুমন ফজন শান্নসি ! লীলাময় কৃষ্ণজী ।

লাকপ : মী খুদিং বেদী, ষ্টার্ত ! ইনেমশি য়াইমবী কুন্তি ! করম্মো লাঙ্গাউগি নোংদি নেম্ন মম্ন মংলে কুরুক্ষেত্রগি লৌবুক্ত, কুইররোই থৈগদব ঈগি নোং ?

কুন্তী : করমদি ভৌনি জনার্দ্দন, খাম্ব য়াদ্রবদি হাংনরেদনা, ঐখোয় রোমগি ননাইশিং মঙাদি শিহনবিবা য়াদে । মৰুক ফংখিদ্রেদ দুর্যোধন, খুঙ্গং এদা কাওব মপাবুংগি স্বত্ব পীনিংদবসিদি হাইকোর্ট লৈরম্মদি,— ইহে !

লাকপ : অহুদ ইনেমশি য়াইম, দুর্যোধনগি মীচংদ লৈরিব মহাবীর কর্ণগি মখুৎত জুজিক নঙাইবুঙো মঙাবু কাংপ ঙম্ব মৃত্যুশর এ, মৈ ফু ফু কাম মাগি ভোংলাংদ ঙাল্লি । এ দৈ হেম্ন হাংলোইদবনিন এটোম বোমদৈ হেম্ন ফব জাং ।

(কর্ণনা তেন শংলগ মম্ন শোল্লি)

কুন্তী : ইঃ, অহুদি করি উপায় লৈ ? গুণ্ডা থাজিন হুয়ানহনব মুলহনবস্থ য়ানি থাজদে । ইচাশিংস্থ শিহনবিব য়াদে ।

লাকপ : হূব মুনবনদি য়ারোই ইনেমশি, নিরুবদি য়ানি, দাতা কর্ণ মমিং চৎপ নিপানি, পাখোকপদ পাম্মূব খঙদব দানবীর ।

কুন্তী : মুনি ঋষি ব্রাহ্মন বৈষ্ণব কনা নেক্লপ নিহল্লদগে ইবুংঙো ভগবান ?

লাকপ : অইভন নিক্রবদদি পীরক্লোই, ইনেমশিন লেংলদি পীরক্রব মরম অম লৈ।

কুন্তী : করম্ব ইবুংঙো জগদ্বন্ধু ?

লাকপ : মমা মশক খঙত্রিব কর্ণনি, মমাবু তাকপিরবদি মহাক পিথোকপদ পাম্মুগদব পোৎ লৈতে।

কুন্তী : মমা অশেংব তাকপিক্রবা ! ইস, ইদি ইকাইংগ্রদা মধুসূদন।

লাকপ : উ মরুম, তুংরল থোঙনুঙ অচীকপ, অঙাং অপিকপ, শা-শন, মী অপংববু করিগি ইকাইক্রদগে।

কুন্তী : মী অপংব হংম্নবদি ?

লাকপ : নাপন চৌব রাশকনব কর্ণ অশিব মী নত্তে। মহাক ইকাইত্রগ নজাইবুংঙো মঙাগি থরাই কনব ভমদাব লৈরবদি, অপঙব মীবু করিগি ইকাইক্রদগে। লেংও ইনেমস, অমুক অঙনবসিদ কর্ণবীর স্নান তৌ-রমগনি গঙ্গাদ।

কুন্তী : নহাওইরিবৈ পঙলিবৈ রা অহল ওইরগ নিংশিংবসিদি তল্লিদা সত্য ! (চৎন চৎন)
ওহ ! মতমদো—, লৈশাবী মচা ওইরিবৈ কজব অপানব—পাম্মুবদো ইকাইব নংনব ওইররে ! (কাপ্পি)

( লাকপন a মনাক্ত ফম্মি, য়েংওইনন তুম্মা লেপ্পি, কুন্তীন a দা কাখৎ কর্ণদ য়েংই মুন্ন। কর্ণ শাব খোবন b দৈ চোংথ মমাংদ তুরেলনি, কাওবন বহি ১ পার b মনাক্ত ফম্মি, মাগ ওইদ খুনু শন্ম লেপ্পি। )

কর্ণ— (মশাদ মখুৎন নান খাং য়ৌব তুবেল ঈশিংদ):

গঙ্গা যমুনা, কৃষ্ণ কাবেরী মহানদি গদাবরী, ইরিল ইম্ফাল, থোবাল মন্থল, থাই ঈরং মকু, বম্মাক তুরেল।

কুন্তী: গঙ্গাদ স্নান তৌবিরিব ইবুংঙোবু মহাবাথী কর্ণ নত্তব্রা?

কর্ণ: মানি ঐহাক কর্ণনি, কনানো ইন্দোনবো, করি ভাকপিনীংবগে? ইন চিংনব ইনথাভম শেংম্বরম্ হায়ব্রাও?

কুন্তী: নত্তে নত্তে ইবুংঙো, ইমা অর্জুনগি মমা কুন্তীনি নঙোন্দগি করিগুম্ব অমত্তং নিগে লাকপনি।

কর্ণ— (কাথংলক্লগ খুদৈন মশা তৈথোক): ঈভুবফি পাম্বিব্রা পীয়ুরা? অপাম্বদ্ব ভাকপিয়ু, হুজিকফাওব লায়রিবী অর্জুন'মা।

কুন্তী: ইবুংঙোবু পলেম অপোকপীগি মশক মমিং খঙলব্রাও?

কর্ণ: খঙজদ্রি ঙসি কাওব, থিজরকইবদি কাংজৈ পায়ব হৈংঙদৈনি। ঐংথায় ইন্দোনবু খঙবিব্রা ঐবু পোকপী পল্লেমগি মশক মমিং? মমা মশক খঙদবসি তোনগ্রে ইনেবেম্ম। ইধায়বশিংন খুদি থিংতং থৌবদ অয়ো ইমা শিরমনিদা হায়নৈ। ঐদি— গুরুদেব পরশুরামবু ভম্পাক্ত চহি কয়ানো তুমহল্লগ কৈথাক্ত হৈবীভিঙখং পাম্বী অমা হৌগংলকপবু অয়ো ইমা হায়জখিদে, ইমা

মশক খঙদবগি কৌব ইকাইব মুংঙাইতব পায়বনু।

(ক'ওবি, খুন্নুন কর্ণবু কৌই ভাদে : হৈ কর্ণ শাব, থৌব !)

কুন্তী : ঐহাক্কি খঙ্জিঙ শাইবক থৌবি নঙ্গি নমাদ্, মশক মগিং তাকউ হায়রবদি ঐন নঙ্গোদৈ নিদৌরিব পোং খরাসি পীনি হায়ন রাশকউ।

কর্ণ : পীথোকপে পাম্বব খঙদব কর্ণন, ইপুক্সি চুপ্প থিরকইব ইমাগি মশক তাকপিরবদ করি পীরোইদব লৈবগে ইনে ! রাশকপ রাশক্তব করিস্থ লৈতে, অঙ্গাদশকি নিংথৌ কর্ণন পীগে হায়রবদি লোইরে অস্তী, ইহে।

(লাংতক্লন কাওবি, থৌবন কর্ণবু কৌরি, প্রোম্প্ ভৌরি। তাদবৈ শাওহুন খর হৌরপ কায়রকই —)

কাওবি : হৈ কর্ণ শাব, ননা নামছু ঐথোয়দ পীরকও।

খুন্নু : ভায়া থৌব, নঙবুনে,

কৈ : করি নিদৌরি খঙদন হায় রাশকপা হৌনব্রাও ?

কাও : রাশকউনো। মীয়াই চল্লগ নমা মশক খঙঙব করি কায়রি ? অঙাং ওইরিঙৈদবু কায়বনি।

খু : অঙাংগীস্থ হৃজিক্কি অমুল কৌটা লৈরে, রাশকউন্নু।

কুন্তী (লাকপন প্রোম্প্ ভৌই) : পীনিংত্রবদি খঙঙনু, ইমা হল্লংগকো। অহুক লিকপ নিপান খঙঙহুন কৈদৌগবনো ? ইমা হল্লে, বাই বাই, – ইহে !

তুম্বা : খঙত্রগ্র ভোকসনু, অহুক চোপ্প নিব হৌনদে।

লাকপ : মথোয়সোম প্রোয়ণটর অনিসি মুংশিদোইদৌরিদ সভ্যা

তুম্বা : লীলা কায়হুন তোক্লরনি হৈদি হৈত্তন।

কৈ — (মুক্লম ২ ভাংই) : ইমা মশক তাকপিবৈবু শেল কয়াম তিংফম থোকপগে ? ভাতোন চরা অম কৌ-ও।

কাওবি : পুঙৌ ফনেকলা তেরা ইন্নফিরা অমা লৈবিগে হায়য়ো

কর্ণ : খঙেঙ তুমিন লৈখো (তপ্প), করিনো ইন্দোল তাকপিরমদন হনবিরব্রাও ? অস্নুক কুইন খৌরাংন ভায়য়ক্লব নোঙ্গৌবী ঐঙোন্দ, খঙন খঙন তাকপিদবদি করি পুকচেলনো ?

কুন্তী (হন্নক্লগ) : ইকাইরে হেক্ত তাকথোক্লগে। ( লোন্ন )

(লাকপ, তুম্বা নুংশা থিনৈ)

(লীলাগ য়েংন — লোন্ন মনাদৈ লৈ ১ নিরি)

নিপামচা কর্ণ ! নঙসি ইমান পোকপনি, কুন্তী ঐ নমানি। (ময়াম্মক ঙক্ল তুমিন তুমিন লৈ)

কাওবি : থাজদে সাক্ষী পীয়ু হায়য়ু, শাক্ষী।

কর্ণ : অস্নুক কুইরবসি করিগি তাকখিদবা ? (কপ্পি)

কুন্তী : ইকাইহুন লোংলুব।

খু : বাজি কনানো হংউ—, বাজিগি মমিং ?

কর্ণ : ঐবু পোকপ পম্থৌদি কনা ওইব ভারব? (কপ্পি)

কৈ : শুদ, হংগদবনি, লুহোংবদ বেন্দ পার্টি য়াওব্রিব্রস্নু হংউ।

কাওবি : মহুদি হংবিরুনু ইকাইনিহৈ।

খু : ইকাইব খঙলগ করিগি কেকু চাবোক—? হংঙ—

কুন্তী : (মমাই খুম্নগ হীক হীক কপ্লম্বদৈ) নঙবু পোকপ

পম্মৌদি অতিয়াদ থোক্লিব সূর্য্যদেবসিনি।

কর্ণ : সূর্য্যদেব! পম্মৌ অপোকপ (মখুৎ লোম্ন য়েংখৎ) অস্মুক কুইবসি আকাশবানী ওইন, ইঙ্গিংত ওইরবস্ন তাকপি-রক্লব করিগিনো? নুপী ওইবি ইমান ইকাইরবস্ন নত্তিক লৈব পম্মৌন ইকাইবিব করিগিনো? (কপ্পি রা রা) মমল তাংব পোৎ চৈ য়াম্ন লৈবিয়ু হায়রক্লনি খন লোৎলুব্রাউ? ঐন হুজিক লমজাউ শোরোক্ত ইমা খঙেঙ, ইপা খঙেঙ, হায়হুন লাওহুন চৎলবদি ফজগদ্রাও। আ: আঃ আঃ। (কুন্তীস্ন কপ্পি লোম্ন)

খু: থাজক্লসু ভায়া কর্ণ, হুজিক নত্তিক নরল য়াম্ন লৈব উরবকান্দ মমানি মপানি চোংথোরকইদনি। নহা.লরাই তপ'ন উৎসবকি কোঁক্ পুক থল্লব ফেংব কান্দ কনা কনা থোরকই মরীমত্তা? খল্লু—

কাওব : পোৎচৈ নিরক্লিডৈদ নয় মদ চংগ্রো, থোঙ হামনীংই হায়জিল্লো। নিরকপ থোক্লবস্ন ভেরা ইন্নফি অমদৈ হেন্ন পীক্লসু। খবরদার—

কৈ : মহুন মত্তিক চায়।

লাকপ : হৈ খৈদেনশনশা! শেরান্নন প্রোম্প তৌনু মহাভারতকি রারী লিচীং অমদি সংস্কৃতিগি ইচেলহু তোর্বান নমথায়হনগনো, খৈদেন পোৎকমদৈ লন খাদদন হঙ্গাম কোবি লাকপদৌন।

কাওবি : মহাভারতকি লান্দু কৃষ্ণ-লীলানি, শ্রীকৃষ্ণন হংমী ময়ামবু লান থেংনহনখি ইবুংঙো মাগি খুতুং ইঙ্গনি, করিমত কায়জরোই ভাবার্থদি।

খু : হৌরো কর্ণ ভায়—তেরা ফি হায়বত্থু কাউনু।

কর্ণ : নুংঙাইরে ঙসিদি ঐ, হরাওরো অঙ্গদেশাক প্রজা ইনাইশা ও : বৃষকেতু, নবোক নবুধৌ মশক খঙলে তাকপিরগেহৈ অমন লৈক্রক্ক লোংলম্মে, অমন খোংনাং মতোন্দ। নমা লৈত্রাও — পদ্মা, জগোই শাসি লাওহৈ। (খম্ব জগোই)

খু : মমা মপা খঙলগ করিবু কান্নদৌরিবনো? খঙিঙ ঐখোয় করিস্থু কান্নদে। ব্রাই চিল্লি, চাক তিংঙি, মুপীগ খংনগল্লি।

কাও : নিদৌরিব নমাগি মমাংদ হরাওরগ করি কান্ননি বুহ্?

কৈ : শেল য়াম্ম তিংনব, নয়ুমদ চংথ্রোনহৈ।

কর্ণ : তাকপিসি নৌন ফংজবি ইমা কেকু লোংপি, নচাবু করি কংচৌ হায়বগে? লৌ-হিংগোল পাম্বিত্রা? সন, ইরোই, শগোল শাম্মু কংচৌরা? নত্রগ ফিগে ফনেক ইঞ্জিনিয়ার ইন্নফি, মরৈ পরেং অপাম্বদ তাকপিম্মু চিংনদন ইমা অনোবী!

লাকপ : করিমত ইকাইবিকন্নু ইনেমশি, হেক্ক নিবিয়ু নচাশিংগি মঙ্গলগিদমক। কান্নব খঙেঙা —

কুন্তী : নিপামচা অহল্ল দাভা কর্ণ! পঞ্চ পাণ্ডব ননাও মঙানি। কুরুক্ষেত্রগি লান্দ ননাওশিংগ ওনশিন্নবু মীচং অমত্ত ওইয়ু।

কর্ণ : অশ ! মহু য়াদে ইমাশি মতম হেনগ্রে ঙৈহ ইরৌশিং ইপাঙ্গল সেহ্যান কাষ্ট ওইরম্ব ঐবু নিংপো শাংগদ ওন্তোক-পিরকপ কুরুপতি দুর্য্যোধন্দ কংথোকখ্রে ।

কুন্তী : মহু ওইরগ— ননাও মন্তাবু হাংনব মৃত্যুশর নঙ্গোন্দ লৈবহু ইমাদ পীথোকলো ননাওশিংবু নঙমক্ক হাংপ ধর্ম্ম নত্তে, তৌহেদে।

কর্ণ : পঞ্চ পাণ্ডব হাংনব তেন মডা মৃত্যুশর ! ইস—

খু : য়াক্কনু পীক্কনু হৈ। ইনাওশিংহু লম হেক্কনব পায়খিগে খুম্মে ।

কাও : ননাহু নেমথরকউ তাখো। নতিক নরল পুন্নমক নিংথৌ দুর্য্যোধন্দ পিথোকখ্রে, নঙোন্দ লৈত্রে পীব ওম্মরোই হায়য়ু।

কর্ণ : ওইদব করম্ন হায়দগে ইমাদবো ? ইখুংতদি লৈ ।

খু : কামর লোইরেনহে বুহ। অওইব ডাংব কনা পুরান্দ দু ডাই-খিব য়াওবগে ?

কাওবি : অওইব অচুম্ব ডাংখিব লঙ্কাগি বিভীষন ময়াম্ব রাবন নিংথৌন খোংপাক্ক কাওরগ মরৈবাক্কে তাম্থোকখি। হরিশ্চন্দ্র মহারাজ নিংথৌ ভমদা বর নাসিঘাত্ত, অশিব পোংলোইবৈ ফমদ প্রমোসন ফংখি। বৈষ্ণব ঠাকুর, অচুম্ব ডাংব, গান্ধীজী করম্ব বেঙ্কতা লুপা করা থম্বগে ?

লাকপ : (থবাক য়ৈ) হৈ থাংদ চংকদব, বৌরীন য়ানগদব মচাশা শেরান তুরান তাকশিনগনুনহৈ। "যথা ধর্ম্ম তথা জয়" থগুদব্রাও ?

তুম্বা : অহল লমন, উঝা গুরু, বেদ পুরান হায়ব ইন্দবশা ! নখোয়ন করম অকব লাল শান্নরক্কনি হায়ব থ'জগে ?

ইশৈ—( কাওবি, খুনু, কৈজাও পুম)

হু'জিক হুজিক মুংঙাইর লোইরে,
হয়েং মপোক নেভর মাইন্দ।

ঙসি পীয়ু থকে চাগে
ঙম্মিমথৈ মু'ঙাইহৌগে।

শোংকে পুগে হয়েং শিংগে
ঙমত্রে নোংমৈ, হয়েং মপোক

লাকে মুনগে খৈদেন কাওনি,
দশা নম্বো য়েহ্লিং খুনু।

( মনীংদ লীলা জগোই থেকই তান চান )

( মঙক গুজিন পিগুম গুক, মখুং ২ লেংদ কোন কর্ণ জ্ঞান মাং রাখলদ মমই ।)

কুন্তী : করি হায়বগে নিপামচা অহন ইমাগি কর্ণ ? দ'তা কর্ণ নঙবু পাম্মুব খঙলত্র ? লম লমদ মুপী অঙাং, নরূপ নপিজা কংব রাই, পোকমিন্নব নচিন্নমাও করি লৈবাক অতৈ কংদগে ? ননাও হাংকর্নিগি ব গন্দ মুংঙাইব ঙম নঙবু ভোল্লব চণ্ডাল্লাও ?

কর্ণ : পলেম অপোকপি, ভমধারব বিধাতান থেংন খঙনহল্লে। ইচিন্নাওনি তাকপিখিদবন ইমান হংনগে অঙম অঙম রাশকত্রে—অর্জ্জুন ইমানী। পঞ্চপাণ্ডব হাংনব খুংলাই

মৃত্যুশর থৌঙোইদা লৌথোক হেন্না মুংশিব নচা অর্জুনবু কনগে অসিনি।

কাওবি : মীচা শিসনু ইচা কনগে সিদনি, নমা অংশংব ওইরবদি মীচং মীথায় নায়গদ্রাও ?

খুনু : য়েক্লইব মমাদ মৃত্যুশর পীপোকপ চুম্লুও ? লান্দি হায়নলা হংলিহেনলা তঙ্গ ঙম্দ্রে। মচা মচুক্কু মীচং মীথায় নাইব হৌনজ্রাও মমানবো ? য়াক্কনু হিংচাবি হুম ওইরম্মি।

কর্ণ : ইমা অপোকপী, বরসি অইঙ নিবিবন ফগদ্রা ?

কুন্তী : বরদি অমম্ভু ঙাংলিয়ে নিগদব, হায়মহুই মথক্ত।

(কাওবি খুনু থবাক রৈয়ে, কর্ণস্তু মমা কাখংগি ঙকপন।)

ভুস্বা : কবিমত ইকাইবিনু ইনেমশি, পুক থল্লগা লোইরে।

লাক : হয়েংদ ঙায়রে মতম মুথংখিদোব ইকাই ইকি, মীংব থুংহৌরগ লোইরে।

কর্ণ : মৃত্যুশরগি মঙ্গংত পীমু হায়ব নত্তুব, অতোপ্প বর অমস্তু পলেম অপোকপীন পাম্বি রব। ঐমুক লাইবক ফব নিপা কনা লৈগদগে তাইবংদা। তাকপিয়ু ইমা নচা কর্ণদ বর অমতুন করিনো ?

কাওবি : নঙ-মুক দাও য়াদব জুরারদি পোক্লম্মোই পৃথিবীদ।

খুনু : মসিন ঙসি সুক পংলিবসিবু করি হৈদাও থকথিবগে অমুক ঙস্তা ?

থৈ : শেমহুন থোক্লরোইদোব অঙাংনিদ—!

তুম্বা : বেক্ত হায়রো ইম্মাল কারমত্ত হৃঙ্গাই বিনো নচাবু কৈদৌন ইকাইরুগে ?

কুন্তী (মমাই ইকাইন খুম্বদে) : নিপাম্মচা ইমান নঙ্গোদে নিংনিংলিবসে মৃত্যুশর মঙাদ নত্তে, নখুৎ য়েংকি খুদোম্বী স্নু পাম্মিবনে। (কপশিল্লি)

(মখুৎ থাঙ্গং চোংই কাওব—খুনু—শাওনীংন ঙক্ক)

খু: খুবীস্নু য়াওদ্রব খুৎতগি খুদোম্বী নিরিবী মুপাসিবু কাংশোই চাগে হায়ত্র বংউ লিংচাবী কোৎচাবীদো ?

কাও : কদ্রব যাদুগর, অরানবম কৃষ্ণশিং ব্লেক চেনবহুন ইস্নিনব ওইরম্মি য়াক্নু দিয়ার কর্ণ. ঙাতোন অতেকপ ঙারেন তৈঙ্গোংতৈ লৌখৎলে চাব য়ারোইনহৈ —।

লাকপ : শ্রীকৃষ্ণবু ব্লেক চেনব হায়নেসে ?

তুম্ব : মচৌস্নি তুশিন্দব য়াত্রে, নত্রগা কাটিন ব্লেক চপ'ৎলসিরা ?

(কর্ণ মখুৎ মচা মরিহু য়েংল, কমথখি গদাংদ মখুংন শো ।)

লাকপ : লমজাউদ পোক পোক তুগদবশা থাইম নীংবারব ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু অদুক থীন ব্লেক চেনব হায়রহুবু কবি কনান লেংবনো হা ? 'নবঘন শ্যাম' 'কাদম্বগ বিজুলী খেলে' কা হায়দুন অমুব লৈচংগ প্রেমানন্দি তৌইন, ব্লেক মার্কেটিয়র, স্মগলর কা হায়ববাদ লাচংদু শিংজৎ চারোইত্রাও ?

কাও : মহাভারতকি কৃষ্ণদি মীচং নাইবা পার্টি পোলিটিসিয়ান, বৃন্দাবনগি কৃষ্ণস্ব মবুকচেন চাউব গোপী পুঙ্গমক মনং থুংহনব ইবুংঙোহ নীংবিয়ো !

খুম্নু : হ'য়দে'ক্ল ফত্তদে হায়দুনা তৌবনি. অর্জুনগি দে লাই শারথী কৃষ্ণভিদি অর্জুনবু দুর্যোধনদা লুহুপ ন.রগা ভূপহন, মবুথো ভীষ্মদেবসু মীহাৎতেন মঙা নিহনখি, অদুম্ব রেক মনীগুস কৃষ্ণতু রেকআর্ট শিংাম্নদে হায়দদ করম্ব হায় কোর্টকি জ্ঞন চুম্মি হায়গে ?

তুম্বা : তাঙ'ং—চীন্ন কান্নদে খুং য়াওসে খুংলাই থিসে।

(অনাহ্ খুংলাই থিব কোইচেন)

লাকপ : প্রে.স্পটরশা, নথোয় ঙহাক্ত নৈরমখো'হ

(কাওব, খুম্নু কোইন কিন চেল্লি, হান্নদ অমুক হঙ্গিল্লি —তান্নব —)

কাও : নিপামচানি, থোক্লব লাকনি।

(উভুপ পায়রগ ধমকাদ লাকপ ভনীবু চৌসাংন খঙ্গগ)

লীলা : পাবুং চানন শাৎবিম্ম, লীলাদবু চানন ফুব হৌনদে।

লাক : লীলানি হায়নে তুম্বা—, ইমানাবু থর হের শাওথ্রবা ?

ভুম্বা : নীংজরিব লাইনি কৃষ্ণদি, ইমংদ থীন হায়বত্নদদি ফম্ব ঙমদবনে। (খুংলাই থাদৈ অনিঙ্গু)

কুম্ভী : দাতা কর্ণগি মফমদৈ মাবু পোকপি মমান দান ফংদন হনব ভারত্রা ?

কর্ণ : (হৌগংলগ) পীদি পীনিংগ্রেদা ইমাশি, পীথোকপে'হেবিটসি নচান কুইন হৈনবক্লবন, অতুদ য়েক্লথে থরাম্ন লৌব' ভম্ব খুলাইবু য়েক্লবৈ মমাদ পিথোকপা হায়বসি; ইথরাই পীথোক-পগুবনি। মরম অহুম রাথল' লৈতান হক হৌদব'য়াদে।

কাও : শিনীংব মী তাইবংদ লৈব হৌনব্রাও? ইবুধৌ ভীষ্ম
কাওব শিদনব খাংই খোইদৌরা শায় তেনগি ফমুংদা।

খু : থরাই পীথোকপদি হয়েং তুংদ কপকেদনি। তাংত থ জ-
রুনো, পুন্যপুরুষক মাংজখিশন্নু শিদ্রগ লোইরে।

কুন্তী : ইমাবু হল্লোরা? করি খল্লি নিপামচা অহল?

কর্ণ : খল্লি ইমা ঐ —। মিংচং মাংহন হিংবন ফরা? শিরগ
মিংচং হিংহৌব অমর খুভম, শিদ্রগ ভাত্তোন অত্তেকপ
চাব মীন খর থীন ভাংনজব! ওঃ হেমলেট নওগি
দশাহুনি—টু বি ওর নোট টু বি, দেট ইজ দি কোইশন
হিংব নত্রগ হিংদবৈ রাহং অরুব পরিক্ষা!

খু : শিরগ পরিক্ষাদ মকোক ওইরকপ করি কায়বগে?
(লাকপ, তুম্বা হঙ্গং হন্দা ভাওহুন শাওহুন চংলি।)

লাকপ : অরুব মতাং অম লাক্লে নুপীমচা - লালা।

লীলা : পাবুং— কৈদোরগে?

লাক : মহাভারতকি রারী থৈদোক্তুন পুখিদৌরে, ভারতমচা
ঐখোয় অনার্য্য লোয়ন ওনব তারে কররো!

লীলা : নচাবু কৈদোজো হায়ব?

লাকপ : পন খিংব থর য়াওরো, কর্ণগি নুপী পদ্মাবতীশা
কর্ণদ হায়রো— দাতা কর্ণগি মিংচং ইজ্জৎ করব।

লীলা : পাবুংন লালা য়াওব ফত্তে হায়হুন খিংবহুদি? য়াওজ-
রোইদ। (কাওবিখোয় খুবাক খুই)

তুম্বা : ভহাকনি লালা মভাং অরুবনি, খাম্মোরো, মহাভারতকি

পন লীংখায়দনব থিংদব য়দে।

লীলা : কাকা হেক্ত শাবিয়ো, ঐঙৈন্দ ফি অম ৱাইর।

লাকপ : নঙোদ ভায়নৌরা লীলা? মহাভরতপু তোর্বান নমথায় কবা কবিগি পুথী মশিং নাইদবদ ঊশিং থাজিন্নরবদি, নাসা শেংদোক্লরবদি ভারত মচা ঐথোয় সংস্কৃতি খৌগংনহুন লোইন অনার্য্য ওল্লোইদ্রাও?

লীলা : তঙ্গেদা লীলা য়াওব —! অহুবু ফজব অচুম্ব মাংদনব অঙম্ব মতেংদি মী খুদিংমক পীব তাবনিন, পদ্মাবতীবু করম্ব ইন্নফি ইল্লগ তোব্ব'ান্দ চংপগে কাকা?

(তুম্বান ইন্নফি অম পীরগ)

তুম্বা : সি হেক্ত ইন্সিল্ল — লীলানি য়াই।

লীলা (ইল্লগ কেন চং) : ও তাবিরিব্রা? (খর নকশিন) মখোয় পাবুংবুনে, বৃষকেতু-পা নচবু ইকুজনি হায়দুন চংথ্রগ ঊশিংদ ইরাক্লরব্রাও? অয়ুক্কি চা তন অশাবদি ইংহোরে - (ইহে!)

কর্ণ : ওহ, কনানো ঐবু কৌর'ও

লীলা : ননাই পদ্মাবতীনে, ব্রেক ফাষ্ট ইংথ্রনিয়ে- স্নুক কুইরিবু।

কর্ণ : ঐবু পাক কারকপ য়াদ্রেনহৈ বৃষসেন মমা

পদ্মা : তোব্ব'ান্দা নাস্থরিব্রা ননাওবু চিংখংচৌরা?

কর্ণ : নত্তে প্রিয়ে পদ্মা, লীলা খৈরোই থেংনবগুম, হামেংমচান লাইরেনগি থায়াং উবগুম মহাবীর কর্ণ ঐবু মঙলাক্লরে-নহৈ অয়ুকসিদ!

পদ্মা: অরাং ওন্দুন অমুক্ত চেপ্লিয়ো, সে অমুক্ত য়ু ওনসে।

(কর্ণ মমাই ওনসিল্লক—)

কর্ণ: ঙসিদি নহালমখৈ উব ফংদ্রব ননেমশি, ঐগি কেকু লোংলম্বি ইমাশি, গঙ্গা তোব্বানসিদ ফোং ফেং পাবুং মুমিংন তরং তরং নোংপোক্তে য়েংথরকপ তাক্লাসদ।

পদ্মা: কয়াদ লাইবক ফগ্রব নুমিংনো ঙসি!

অহো ভাগ্যং! ঙসিদি ঐবু ইনেম ফংজব তাররো? ইকু ইবুংঙোদি য়াওবিরকপ্রা (মকোক খুন্থি) ঐবু খুরুমজরুব য়াররা? কয়ুম ওইরম্মে, মিংলেনশিংদু তাহনবি, ঐগি তোল্লব নাকোং অনীসিবু মরাইবক অমুক্ত ফহনবিয়ু!

কর্ণ: ইমাশিগি মিংলেনদি সতী কুন্তী, পাণ্ডবাজুন মমা,

পদ্মা: য়েক্রুব অর্জুনগি মমা ঐগি ইনেমশি, আই সি

( ঙগোই শায় )

কর্ণ: বট ইয়োর ফাদর ইন লো ইজ দি সন ইন দি ব্লু স্কাই! সোরী, নকুবোক্ত অতিয়াগি মুমিংলাই।

পদ্মা: ইমা, মহুমদি শাথীদ! অদুক মুংথিল চুপ্প নুক্তিগি ইকোক খুম্ববদি ইশম থর হৌজরিবসি অয়াম্ব কেনখিব তারেদন।

কর্ণ: নোংদম্বন তমখিবনি বৃষসেন মমা, হোংদোকপ য়াপোং নত্তে।

পদ্মা: অবোক্ত চং খুরুমজরুরগে, সনায়াথং?

কর্ণ: ঙহাক ঙাইখো থর নৈরগ ননি নমৌ খংনরকপ য়াই—ঙাচেং থুমচেংকি। নচং নভৌ থর হায় খঙনখো তুং কোইন মুংশিননব।

পদ্মা : নত্তে, অবোক অনৌবীশিবু থাইনগি মীবাও, ওয়েথো-
দোক্ক য়াম্ন ওইব চাউখংতবীরা ংপে য় পাবুং ?

কর্ণ : হৈন মতুদি নত্তে, চাউখংলন নিংথৌগদা কেত্রি অথোইব
ভীমার্জুন যুধিষ্টিরগি মমাশিঙনি । য়াম্ন অপ টু ঙেংনি ।

পদ্মা : মতুদি কৈ, ঐন নুংশা থিজবদি করিগুম্ব, মীন হায়নব
ঙাক্র চাবী, খকউ পায়নবিদু ওইরমগদ্দ সিদনি ।

কর্ণ : হৈশ ! ভাখনি ভূমিগ্ন ঙংউ । এম্ব খয় চিংনত্নম —
নংগ খন্ননীংহুম লৈরাম্মবনি ।

পদ্মা : ক'র করি চাগে থকে হায়বগে, করি পাম্মি হায়গে ?

কর্ণ : খবী য়াওদ্রব ঐগি য়েংখংব খুংশা মরীদ, খুদোম্বীসি
নিব লাকই ননেমশি ইবম্মনা ।

পদ্মা : হৈস অদুদি শোইদ্রে, (হিক্ক হিক্ক কপশিন্ন) কে লাইবক
মতম কুইন ফ ভক্তদ্রবী ইনেমবোক্ক ঙাক্র থাইন চানবতুদি
চাগে হায়বিদন, মচাগি খুদোম্বীবু কংশোই চাগে হায়তুন
নিরিবসিদি ওম্বোকইদা অঃ অঃ ! কাম্নদে মথোই পাবুং
খুদোম্বীদু পীথোকপ্রো মিভাপ্রবনিন, থংনরিব খুংম্নাই
ফাওব পংশিন্নকপ য়াই । পরপ পরপ পিথোকপিপ্রো ।

(হয়াওই লাকপ তুম্বা, শাওনীংই কাও গুম্ব)

কর্ণ : মতুদ নত্তে, বৃষসেনমা—( কপ্লি কপ্লি ) পঞ্চপাণ্ডব হাংনব
ভেন্দোংদ য়াওব তেন মঙা ময়াদ মৈ ফিত্রিং ফিত্রিং
কাপ্প নিউক্লিয়ার হেদ পানবশিংদো ।

পদ্মা : অদু কৈদোরব ?

কর্ণ: ইনাদ পীথোক্রো হায়রে। (হীক হীক)

পদ্মা: মচা নুংশিব মমান মথরাই কম্রব য়েক্রুব হাপের থরাই মণ্ডাগি পান্দম গুম্মব মত্যুশর ৫ পিরো হায়ব ওঙ্গ মমা, পদ্মা ঐগি ইনোস্বাক তে, ঐগি লাইবকসিবো। বৃষকেতু মপান কম্রিগুম য়েক্রুব থুংতা তুগিব পোক্রবাদি পদ্মাবতী ঐ লুখ্রা ওইহোব তায়। (কর্ণ কপ্প)

কর্ণ হা ইমা অপোকপী: ইমা থদ্রাসবু কান্নাবত্রাও (হোন লাওব কপ্পগা নৈরবনিন কৌজবাদ ইকাইদ্রে!

কাও: কান্নব হায়ববু-নথরাই মাংদৌরি। (পোম)

খু: নখুংন চাকচাব য়ারোই মীয়াম্মমাং উংসবতা।

কাও: ইতৈমা পদ্মা। কম্রিমন্তা পীক্রপু হ য়য়ো।

খু: নিপা নৈতব নহানুবাদি লমচং মা গনবনে। স্নুকমা য়াক্রম্নু, হিংচাবান থরাই নিব পীব হৌনদে।

কাও: পীথোকপ কান্নদবনে অপওব তাবনে, অকনব অরেস্ন পীয়ু হায়বস্নু নগুন নুংশিব মচাশিং—কপা মপা নুংশিদবন পোকপ মচা শিম্নু হায়ববু কান্নদব মিংচংকিদমক য়াভম থোকপ্রাও?

(লাকপ তুম্বা শাওই, ক্ষুপে তৌবদ থাম্নৈ)

কর্ণ: কয়াদ কজপ্রব মিংনো ইমা হায়বসে। নহানমথৈ কৌব কংদবগি পেম কৌগে। ইমা—, ইমা! পলেম অপোকপি নঙগি থোম্নাং মামগি লমন মচাশিংন শীংব গুমদে হায়নবী ইমা, ইমা!

(হীক হীক কপ্পী)

কাও : নঙদি থকাংহৌদে কোন্না চক্নু থকখি।

কুন্তী : নিপামচা কর্ণ, ইমা য়ম্ম ইকাইরে ঙল্লগে ?

কর্ণ : ঙাইবিখো ইমা, লুংশিবা ইমা পাল্লেম অপোকপা, নোংদোন লৈচীন মান রাংজববুদি পাল্লৌ লুমিংন হেন্নদো, মালেম মান লম্বাদ কর্ণ এরেঙোন্দ ননবিদে. ইমা নঙ্গি য়াথংদি থরাই চেইখ্রার য়াংকোকতা। নঙোইগি পাউমেন অমত্তং তাখিগে ঙাইবিখো ইমা ঙসাক্রু। লুংশিদাকো পালেম অপোকপা ইমা ইমা ! (কন্ন কাপ্প।

পদ্মা : করিনো করিনো বৃষকেতু-পা, মহাবীরন কপ্প নত্তিক চাদে। লুংশিরব নচানিপা অহন বৃষকেতু ফাওব পীথোকপ ঙম্ব নঙন করিগি পাম্মুভম থোকপগে কারস্মু লৈত্তব খুদোম্বী অমা পীথোকপদ। দাতাকর্ণ হায়রুন চাকনা ফীনিবাশংগি মরক্ত নমিং চংলব মখোয় পাবুংন। ভেন্দোংদ রাইচিন্ন মিরাং থাংনব লৈরিব মুত্তাশর মঙ্গাহুম্মু পীথোকপীখো চেং চরা অমগ ওন্নব য়াপোং নঙ্গে দোকান্দ।

কর্ণ : পদ্মা !

পদ্মা : খমবিক্রন্ন ননাই ভেম্নবীগিদি, অবোক্ক মনীং থুংনব থরাই মঙাহুম্মু পীথোকপিখো ইনাও অর্জ্জুনগি ভেন অমুক তিংদনব : নচা অনীমক অপিশক অমত্ত নক্রে, হোটেলদ গ্লাস চাম্মবস্মু মবুক থঙ্করনি বৃষসেন। লম-জাউদ লম্বী থোনব উকু চনব য়াওব ঙমজরনি নচা বৃষকেতুস্মু।

কর্ণ : অঙাং ২!

পদ্মা : রাবিরুন্নু ননাওগিস্সু ইঞ্জিনিয়ার ঠাকুর নচা তননব চাউরব মশাং য়াম্মে, ঠীকানার নঙগ অকপার অচৌবাগ শঙ্গাইদ কোন কেংব— আই এম সোরি

কর্ণ : করে অহৌদ পদ্মা, নঙম নচুক পেংন পাম্মু্রবদি—

( লাকপ তুম্বা করাওই )

কাও : ভাইখো কর্ণ শাব —! নঙন্নু ঙাওরব ও

খুন্নু : মুপান ইন্সিল্লগ হেক্ক য়াব্রাও ? শাওহন হায়রিবনি হায়ব থঙদ্রাও ? নচা পিশকশিংন হোটেলদ গ্রাস চাম, লমজাউদ হাজিরা শু লৈহৌরগ কৈদৌনদগে নঙগি মিংচং ?

লাকপ : উতুপ থিমু তুম্বাকোক, মখোয়নিসি য়ৈদব য়াদ্রে

( মর্ফি শেম্মি )

তুম্বা : প্রোম্পটরন অহৃৎ ইন্সিনব হৌনত্র হেক্ক কাংলনি।

( অনীন ওইদৈ তাল্লি খুংলাই অমমম পায় )

কাও + খুন্নু চেল্লি )

কাও ( চেয় ২ তান্দ ) : পীথোকপ হৌনদে পাঙ্গল থরাই পূন্যগিদমক মিংচংকিদমক !

খু : লংথোকপ হৌনদে মুপী অঙাং কামদব ধর্ম্মগী কামদবা মিংচংকি।

( মকম মকমদ কঞ্জিমরগ বান লেপ্পে )

কর্ণ : করে অহৃদি ইমা ইবেম্মা, মুংশিবী ইমা, লৌবিরো নচাগি য়েংকি খুদোঙ্গী য়াওবিরকপ্রা হৈজ্রাং করুবা ?

কুন্তী : ই: য়াওরক্তে!

কর্ণ: অহুদি য়া ফবিরিব্রা? হিংন হেক্ত চিকপিরো ইমশি মচা মুংশিবী। (মথুং তিংথোকই)

কুন্তী: করম্না নহাক্দা নিমন তৌব্রা য়াবু য়াদ্রে

কর্ণ: অদুদা ইমা শি য়ুমদ অমুক্ত লেংশিন্সি, অতুগা বক্সাগে খুনোংদাসু তেন মডাসু। পক্না, নবোক থুরম্নো য়ুমদ পুশিল্লু চা শেল্লগু।

কও: চাদ তৌল হিদাক,

লাকপ: ওল্লে ফরে ভব তারে। নখোয়গি নরক্ত ইচানুপী লীলা য়াওহনব য়াদে। উদয়তি যদি ভানু, নুমিংন নোংচুপলোমদৈ থোরক্লব কান্দ

থোব: অদুক নুংঙাইরিবু কৈদৌরগে বাঙ্জিঙাং?

লাকপ: মহাভারতকি য়ারী পরীংদু নখোয়ন ঈশং পীব য়াব্রাও লৌবুক অকংবদা?

কাও: শ্রীকৃষ্ণগি লীলানিনে বাঙ্জিঙাং।

তুম্বা: কৃষ্ণগি দিরেকসনদু নখোয়ন শেমদোকপ য়াব্রা? কর্ণ হাৎনব তৌরিব প্লোটনে!

কাও: হাৎকনু হায়দে কাকা কর্ণবু পড়ই হায়বদি খঙহন ফৈরে। কুন্তী অঙ ৎহাইবু মীন নিয়গ পীথোকপবু য়েক চেনব কৃষ্ণন হায় হায়দুন হেক্তে ইনগদ্রাও? হয়াইট কৃষ্ণন মহু য়ারোই।

লাকপ: মহাভারত লেংব ভগবান ব্যাসন পীহল্লিবনে।

কাওব: পীথোকপবু মতাং চাব চানব থীনরবদি নচা ইবেম্ম লীলাবতীসি লীলাই ওইনব পূজথ্রগে।

তুম্বা : নখোয়গি লীলাদ য়াওহনব ফত্তে, লম হেল্লি, দিরেক্সন ফজদে, নমীৎ মীংয়েং চুমদে, লীলা শান্নবদ মৈম্বু মমথোক মমশিন তোইন তৌই য়াওহনবিমু তাঙাং।

খু : কাকা হোরেল নুংদাং খৈদেন কাগদ্রা ?

লাকপি : শাওগমু ইবুংঙোখোয় ম[illegible]ম ফগুহন তৌবনি খর লৈরগ অমুক খন্নসি।

লাকপ : কুন্তীশাবী, করিগি খর লৈরগনো ? স্নুকয়াও য়াও-হল্লোই মখোয় মরক্তদি। খেদ পুরান, কষ্টম ট্রেডিসন খোঁশাদব, লমহেনব মীংয়েং করেম কথাইনব পামদে।

তুম্বা : অসাই লীলা মতেক অম মতৌ য়েংবদ নুপীমচাদ মখোয়ন য়েংব মীংয়েং মাংখৎ—এঃ তল্লি, য়াওহনব চুমদে তাঙাং। (অহুমহূ শাওন শীংবগি মতৌদ চংখি, খর চংলগ হঞ্জিল্লক কাওন)

কাও : ইনেমশি ব্রারৌব য়াদে হঙ্গরে। (চংখি)

লাকপী : শাওনগুমশি ইয়াশা।

লাকপ : শুদ্রশিংহুই মরক্ত লীলা য়াওব য়াদে ভাব তারব্রা নমা নচা ? মখোয় মরক্ত লৈবাক্তী লোনচৎ শাজৎ ইনাৎ কায়হন্নব য়াওদৌ শরুক ইংলিশ ফিলমদ কুমহনগে নমা নচা। চৎসি তুম্বা। (চৎমিন্নখি)

তুম্বা : মিটিং লৈনে চুপ্পি।

লাকপী : মুপীমচা নঙ লাইব্রিক ঐরাইরম্মু, ইমা খৈদেন মচাদ ওহাক্ত ঙা খোকপ্রা য়েংউগে। (বেগ পুরগ চৎখি)

মথন্দ ঙায়রগ লীলা লাইরিক পারস্বদৈ ইশৈ ঙংই, জগোইস্ন নিংশিংহুন শায় মতেক মতেক। চোংকন শায় শায় ইশৈ শকই :

শানব শানব— চাকখোংবী,
ঙক্ক ঝারী নুংঙাইব—
ফজন চুমহন মশান্নদ
হেন্ন ৺ংঙাই করি লৈ ?
লাইবক থীর মীওইবদ
তাইবং লীলা ফম্বাক্ত —।

ও: —! নহা, অহন, অঙাং ?
কনা লৈগে শাম্ননীংদে ?
লমজাওদ লৈখি মজাইবেম্মা।
কৃষ্ণে কৃপা কবুজাদ,
হো— সীতা হুবা রাবন !
রাম্ন ককখি নকোক তরা থবং থবং,
কল্লক পেল্লি এথোয়।

রেকেট হাই, চোংকন, জগোই থেক লীলা হ্নংঙাইন লৈরিঙৈ মমাই থর থর খুম কাওব, খুম্ন, থোব 'হো' লাও খোঙথাং মান্ন চংলকই পোং অরুম্ব মকোক্ত পুবঙুম —। মমাংদ কোইন চং লৈ। অমুক কোইম্নকপদ—

লীলা : করি পোংলুয়ো পুখিরিবসিবো ?
ও : পুন্সিগি পোংলুম, পুন্সিগি পোংলুম !

লী: ঐবু করি তেংবাংজোগে ?

৩: পোৎলুম থাব য়াওবিয়ো। পোৎলুম থাব য়াওবিয়ো।

লী: করম হায়ন থাদগে ?

৩: লীলা য়াওরগ, লীলা য়াওরগ, লীলা য়াওরগ।

লী: করি লীলানো ? নুংঙাইব জাৎলা ?

কাও: নুংঙাইব লীলানি ?

২: রাম লীলা, য়ুম থাদোক বোন্দ চৎপ।

লীলা: য়াওদব য়ারোইদ্রাও ?

৩: য়াদে, য়াদে, সুকয়া য়াদে।

লী: নখোয়সি ঐবু চিংলগে ফারগে লাক্লবজাৎলা ?

৩: য়াদ্রবদি ফানি, চিংনি।

লী: চিংদো শরুক ইশান য়ান চৎলগে। অতুগ বা অমদি হায়জগে ?

৩: হায়য়ু তারি—।

লী: য়োংসুবী শওমসুবী হিংচাবি শাবদি তল্লিকো সিভাগুম্বী সরমাগুম্বী শাহনবিয়ু।

৩: শাহল্লি, শাহল্লি।

লী: ইফি ইরোল লৌথোকউগে মিনিট ১তা ডায়বিয়ু

কা: মতুং ইল্লু অম। (থৌব ইল্লি)

(পোৎ ময়োম অম লৌরুরগ চৎমিন্নথি)

লী: কয়া কুইব লীলানো ?

কা: রাম্ন বন চংখিব চহি ১৪ দনি।

লী : ইস ! (লেপ্পি)

কা : চৎলু (ইন্দুন পুখি)

(চৎখ্রগ)

লাকপ : নুপীমচা লীলাবতী !

লাকপী : কদায় চৎখ্রবনোনে লীলা— লীলা !

অদোমদা ঐখোয় লীলা কোইরকপ্রাও ? চেনখ্রবনে কারনো ?

লাকপ: চেল্লম্ব তারেনহে। লাও থামাদ তাক ফুহক্সি (চৎমিন্নখি)

পী : থামাদ ওইরবদি থর য়াওবিরিব্রা ?

পা : য়াওরে লাকও।

পী : য়ুমগি থোঙদি—?

পা : লোন্নু– থ্বাৎদে মমল য়াম্ব লীলা মাংখ্রবদ, অতৈন কৈদো-নদগে ? লোইন হূজখিসন্নু !

লাকপী : কবুইকৈওইবশিংগি লৈবাকসি লৈহেক্রে।

লাকপ : ইচা লীলাবু কবুই কৈওইবশিংগি মখুৎত চনখ্রবদি ইমানীস্নু চংপ্রসি জেলদ নব্রগ বন্দা চহি ১৪, চৎলু।

( ভাবোকলোমদ থোরকখি )



# চাংয়েং মাঙ

২/১

লমজাউ শোরোক, অয়ুক অঙনব

লাকপ, লাকপি কোইন খিব থোরকই, অউপ্প উন। লোংম হায়গং। উকু খোংবাম তকখংতুন য়েংলকই।

লাকপ : শোমদৈ খোংবান মশাংশিদ তাদ্রে ! আদি উগু মনুংহুদ খিগংতুনকা লৈব্রা য়েংউ।

লাকপি : (য়েংলগ) লৈতেদা।

পা : চে মরোম অম তারিবহুদ য়াওব্রা য়েংউ।

পি : কনান য়াওজরুগবনো। খোটেলদৈ লং—

পা : ওইথোক্রব হায়ব লৈত্রবনে মতম। কংঙো বোরা চাথোকগ্রগ লাপ্পরম্ব চেহু শ্রু শ্রু নৈসিন হুন্দারকপগুম মচা মুপীহুবু মীন লংথোকপিরম্ব য়াই।

পি : মহুনি মুংশা থীরিব, অহুবু চেজেংসি মনুংদদি য়াওরম-মোই। থাজগ্রগ য়েংবিয়ো—

পা : (থাজন খুল্লগ চেজেং হাংদোক য়েংই) : য়াওদেহে—অহুবু পূক্লিংদি শেংলেদনা। লাকপি, লাও কাকা তুম্বাকোকথোয় মুম মপা নব্রা ? অমুক্ত কৌরো, মজোন্দ হংসি।

পি : কাকা তুম্বা তাগ্রবদি খবরদা কোংবগ মামরনিদো

পা : মান্নসনু, খঙনব থিদব য়'দবনি।

পি : ওহ অ'শম কাকা তুম্বা:কোক লৈবিব্রাও ?

তুম্বা : হৈ'য়, কনা ওইরবনো ?

পা : ঙহ'ক্ত থোবকও, য়া অরুব অম তান্নদব য়া:দ্র।

তুম্বা (থো'রক) : কদিনো অয়ুক ঙস্তাদ তাঙাংগ ইহৈম হবেম্মপ

ৰৌন লমজাউদ শেল তাম্বস খুনবিব্রিব্রা ?

লাকপ : শেলগি নত্তে, মী খুনগে থোরকপনি।

তুম্বা : মী খুনগে হায়ব লমজাউদৈ ? অঙাওববু কৈদৌনবা ?

লাকপী : নখোয়রোমদ ঙরাং অহিং অঙাওবীকা চেন্নক, থৈর-দেকো ?

তুম্বা : কদায়দগি অঙাওবী ?

লাকপী : ঐখোয় লীলাবতীদো ঙরাং সন্ধ্যাদ মাংপ্রে, কদায়দ করিগি চেনখিবনো খঙদ্রে।

তুম্বা : অঙকপ রানি, অতুক শিংবি নুপীতুন অতুক পঙন চেন্নমগদ্রা ? ঐ থাজব ঙমদে ইতৈমবেম্মা

লাকপ : থাজদব থাজদব থৌদোক ঙাক্ত থোক্লেনহে তুম্বা আজকালসিদে। ঐখোয়গি লীলান য়ুমদৈ মমা তাক্লমদম হিপঙ পঙন চেনখিনি হায়বসি কনান থাজদগে ? কন থাজদ্রবম্ব নতৈমা ইবানীন খৈদেন কাপ্রিঙৈদ য়ুমদ লৈরমদ্রে। অতুনদি চেনপ্রে হায়ন থাজদব য়ারিব্রা ?

তুম্বা : পিকনিক চৎখিব ওইরিব্রা !

লাকপী : সুংদাংদবু লোন পিকনিক ! মতুং পিকনিক্কুবু সুপী চেনব কৌনবদায়নে।

লাকপ : মাগ থর য়েন্ন চান্নব পাখঙসি খঙব য়াওব্রা ?

তুম্বা : লীলাই কাংবুদ য়াওব কাওবি, কৈজাউনা হায়বত্তুদি মহাক কয়া কোইনদে। মখোয়দু উন্নকাসরা ?

লাকপ : মখোয়দু কোন্ন থিসি, হায় মেজিস্ত্রেট এমাদি কুরেসী-খোয়দ রাকংলুনি, মঙোন্দা সরেন্দর করেন্দর তৌরম্মেকা হায়বসু নৈ।

তুম্বা : ঐগ য়ায় খঙনৈ, লেংউ সং ! (অনীহ খর চংলুরগ)

লাকপ : হৈ মমা, নচা চেনখ্রে হায়রুন নঙস্মু ঐবু হুন্দোক্লম্মগ চেনখিবদি কৌনুকো।

লাকপি : নহারোল মহাক খঙনবশিং লমজাউদ চারব্রা ঐ য়েংজরমগে।

লাকপ : থেংনব অম কারগ মমা নৈহুন চপথংকদবনি।

( অনীহ চংখ্রগ, মথন্দ ঙাহৌ ঙাহৌ চং )

লাকপি : অঙকপ মতমগি নহারোল কিজেংত, চাকচা য়ুথক, লীচং শাজংত মপুংফাব নীংথা তম্ম !

থকসি খাসি নাইত্রব, শারমচংত সম্বন থাত্রব, মীন শাওনব, শা পোকপ করি ঙক্লিংঙাইনো ?

(পুলিশ এ, এস আই চাইশ্রা, লম্বীদ লাওহুন লাকই )

চাইশ্রা : লম্বীগি নিয়ম ঙাক্ল চংপিয়ো, গাড়ীনু মীম্মু, লহয়গি লম্বীদ জঙ্গল পুবিরকনো। ( থোরকই )

লাকপি : ইবেম্মা নঙবু নুপীরা নিপারা ?

চাইস্রা : ঐ নুপীনি ইন্দোল।

লাকপি : য়ুম পাক্লিরবা ?

চাইস্রা : য়ুম পাল্লগে চেল্লগে হায়রহুন হন্দক্ত পাখঙ অমগ রা লোইনজরে। হয়েং চেল্লসি ঙাংনরগ ঙচি গুরদ হ্যাতিগি চক্তব য়াদহুন জিরিবাম জেলদ চৎলুই হ য়ব, ঐন হল্লকপ কান্দ নিপাদো অহল লমম্ব রারুকপদ য়োদবি অম চেল্লুরে হায়রহুন তারে। মতমসি ইন্দোল জাৎ অমনি ঙাইঙমনদ্রে।

লাকপি : করি লমদৈ নুপীনো, মমিংন করি কৌই হয় ?

চাইস্র : মমিং মথা কৈরোই লৈকাইদি খঙজদে, হুজিক মখোয়হু নুপী থৈভম লৈতহুন ঙাওহুন চৎলি ইন্দোল মশক মমিং ময়ুম মকৈ খঙবিগে হায়রবদি হোটেলদ লৈহোই মখোয়হু, উম্নবিরু, ইন্দোলখোয়দ থৈরব য়ানি হায়বিরু।

লাকপি : ঙাইখো ইবেম্মা বাবুনি, নঙগ মুংশিনরম্মি হায়ব নিপামচাহুদি মমিং করি কৌই ?

চাইস্রা : কাওমচা হায়রা খৈদেন কাও হায়রা য়ায় খিগৎপ লীলা য়াওব জোকরনি।

লাকপি : অহুদি ইবেম্মা মখোয়ন লৈহোব হোটেলহু অমুক্ত ইনেদ তাকপিয়ু চা লৈগে।

চাইস্রা : করি লাকপিয়ু। ( চৎখিরখি )

( কুরেসীন মাং থা লাকপ অমদি তুম্বা লাকই )

কুরেসী : ছুজিক নহারোলন পাম্নরিবাস লমহেনবনি, মাইগি চৎনরোল হন্দব, মনাংতম্ন ইম্নাংব মাইকৈদ হনব — থিংব য়াদব।

তুম্বা : মী খুদিংমক মান মান নাংবহু থুংব পাম্নব, অহুনদি লেং থেঙ্গাইনব এক্সিডেন্ট পোকপ ঙমহ্‌ক লৈতেন।

লাকপ : অহল লমন কিনদ্রে, ফজব নীচং শাজৎ লোইন উঙ্গল ওন কম্থোক্লরে, বম্থোকপ ঙম্মগ লেম্লরে, অথৌব শানরে। মীগ মীগ নুংশিনদ্রে। হাংন শুনবগি ঙমখ লৈত্রে। করিনো শেল খর পীরগ নেকপদ মী হাংলু হায়ব য়ানরে, মতমসিদ অঙম অথৌ মেজিস্ট্রেটগোয়ন মরার্ল লৈব মীদ মতিক চাব চৈরাক পিবিব চুম্মি।

কুরেসি : পীরিবনি লাকপ, অদুবু আইম্ন মবুক ফবসিদ কন্নব পাম্বে অম হেক্ত চোংথোরকই। ফরে— লেংও লাকপ, করিগুম্ব লাকপ থোক্লবদি ঐ খুদক্ত তাকচরক্তে। চহিবু কয়ামুক শুপ্রবগে মুপীমচাহুবো ?

লাকপ : চহিবুদি ১৭ ডা ঙায়রিব, চাওব শাংবহুদ মীনদি ২৭ মাল্লব।

কুরেসি : থানাদ রিপোর্ট অম তৌবিক্লব কৈ। লম্নাই ওইনম্ন খর থিবিদ্রবদি আজকালগি নহারোলদি কেকু লোৎপি য়াম্ন হৈনৈ।

লাকপ : অহৃগিদি তৌজক্লনি। য়ারোব য়াদে লেংশিল্লো।

(সাল'ম ভৌ'ন ) থানা য়েৌরুশি তুম্বা, না'ংমতুন কদোমদা চেনগ্রে ? ( কুরেন্সী লৈহৌরে )

তুম্বা : অক্সাইদ লৈরম্স য়াই। ( অনীহু চংগ্রে )

( নাকল অমরোমদ লাকপিন কাওবিগ মথুং ফা:গ লাওতুন চংলকই। খোবন মতুং ইল্লকই। )

লাকপি : তুরানব ফারে, তুরানব ফারে, মখোয় পাবুং !

(লাকপন অতোপ্প নাকলদগি লীলাবতী ফারগ পুশি:লকই। মতুংদ ইল্লকই কৈজাও, খুনু শর্মা।)

লাকপ : মুপীমচা, ইপাগি লীলাবতী ! নঙনা য়ুম থাদোক চেল্লম্মিবসি কনাদনো ?

লীলা : চেনব নত্তে পাবুং। লীলা পার্টনা মথরাই চারু লীলা অমুক্ত হিংগংহল্লু হায়বদ ঐনা থা তরুক্তং লীলা য়াওগে হায়দুন য়াক্তরে।

লাকপি : জুগোং চাদব, থকশি-থাসি নাইদব নিপা মরক্ত করিগি থা তরুক লীলা য়াওগে হায়দুন য়ুম থাদোকইবা ? নঙবু কনাই য়ুমদ লৈরুদোরিবনো ?

লীলা : লৈভমগিদি লায় ইমা, দাদা কাওবিখোয়দ থা ১/২, দাদা কৈজাওখোয়দ থা ১/২ লৈরুব য়াই। ঐন চাকম্সু পংয়াম য়াম্ন চাদবনিন থাকপম্সু য়ারোই।

কৈজাও : চাব থাকপগিদি করিম্সু লৈতে, লীলাবু য়াওবিগে হায়রবদি চহি কয়ানো থাকচগে।

লাকপি : মুপীমচা নঙবু ঙাওরত্রাও ? লীলা য়াওরগ মুপীহু

হেয়োগি ময়ুমদা লৈনব্রাও ?

লীলা : লীলা পান্নবনি ইমা। মতুই মথক্তা ঐ রিশার্চ তৌজরি হিরম অমদ।

লাকপ : করি হিরমদ রিশার্চ তৌরিব ?

লীলা : নুংশি কিশি হায়বহ্ন কয়া লিংব কয়া নোপ্প হায়বহ্ন পুথোক্লিংব। মরম অহুন পাখঙ অখন্নব খর্গি ময়ুমদ থা ১/২, ১/২ লৈরুরগ থিদোরিব।

লাকপ : অঙকপ রিশার্চ, নুপী মচা নঙ মীন শেমজিনখিব তারে। অহুন ঙাওরিবনি।

লাকপি : অঙকপনিদ মৈতৈগি লাইরা মন্ত্র! ঐগি ইচা লীলা অহুক মরম ওকপিন ইকাই ইকি খঙদন পাখঙগি ময়ুমদ থা ১/২, ১/২ লৈরগ লীলা পান্নব য়াওনি নুংশি কিশিগি হিরমদ থিগৎকনি রিশার্চ তৌনি হায়বসিবু মীয়োল য়াংতবি করম্ব লৈশাবী শরীন হায়গদগে ?

লীলা : কলা চাউথংনব বিজ্ঞান চাউথংনব পাঙ্গল তিংব মতম মাংব পাম্মুভম থোক্কে।

লাকপ : ইবো তুম্বা, চৎলু নঙ মেজিস্ট্রেট কুরেসী অমুক্ত লেংথোরকউ হায়রু, নিংথিন হায়নবদ য়াম্রবদি আইনগি মতেং লৌ নিপা খঙদে, নুপী খঙদে কাহনব ভায়।

লাকপি : চহি ১৭ তা ঙায়রিবী লৈশাবী নঙন চেনব য়াত্রাও মপা মমান য়াদন। কাওবি হায়ব রা ঙাংত্রিব হোদোঙ তুমিন লৈব চক্কু ঙম্বসি কাজিন খম্মগ রা লাকনি।

কাওবী : থাঙবিয়ু হানেরেম্মা ঐহাক্তু নচাইরেম্মা লীলাবু চেনব নচ্চদে। লীলা লৌবিদ্রৌরো থাজবিত্রগ ঐ থানাব কাদনব চেঙখ্রগে। ( চেনখি )

লীলা : চেনখিব য়ারোই তাকাওগী। কায়নখিব রা হেংবরু নিপারাও? ( তাম্নখি )

লাকপ : হরে হরে! ঐগি ইচানুপীন চেনখিব নিপাবু ফাগে তানব! ঐ শিবন ফরে, রাধে রাধে!

(রাস্থবদ ময়াম্ন লাইকয়। ছুগাই ছুম্ন ঈশিং য়ৈব নুংশা থিনব হাসপাটালদ পুসি হায়নব, ( কুরেসী, তুম্বা, অতৈ অতৈ রিক্সান পীনব মান মান থোকপা )



২/১

ভারাঘর, মুংদাংরাই
কমুং মচা ১, মোড়া ১/২, কাপ অম অনী
"বালি হাৎপা" লীলা তম্ব

খুমু : 'বালি হাৎপ লীলা" তম্বা তারি, কাষ্টিংদি ডিরেক্টর খুমু ঐ তৌজরগে রা য়ামুমুসি।

ময়াম : রাজরে, বেরা তৌনরোই।

লীলা : ঐদি ওক্তবী মুপীদি শাজনী'দেকো ?

খুমু : শাহল্লোই ইবেম্মা লীলা, নঙবুদি সতী তারা শাহন্নি, বালি নিংথৌগি মহারানী।

লীলা : থেঙ্কয়ু ডিরেক্টর।

খুমু : সুগ্রীবগি মুপী উমাদি ইবেম্মা সন্দ্রেম্বী নঙন শাবিব তারে।

চৈত্রা : ঐগি ইমিং সন্দ্রেম্বী নত্তে, চৈত্রা হায়বনি সার। চিলহাও থিজরোই ময়ামগি কনব এনী পার্ট বেরা তৌজরোই।

খুমু : দিয়ার কাওমচান বালি নিংথৌ শাবিব তারে।

কাও : য়োং নিংথৌ বালি। (মপাল উৎলি)

খুম্বু : মপা লৈতব অকনব। মনাও টবুংঙো স্নগ্রীবদি কৈকাও বাবুন শাবিব তারে। য়াবিরত্রা ?

কৈকা : টবেম্মা উম শাবি চৈত্রোন বেরা তৌবিদ্রবদি য়াঙরে।

চৈত্রা : কৈবৌন অপাম্ব খল্লদগে লীলাদবো, ইরাইবক ফবনে ভামোগি ননাও শাজব ক বদি।

কৈ : থেঙ্ক য়ু দার্লিং।

খুম্বু : ভারা থৌবন দশরথ নিংথৌগি মকাইবুঙো অহল রামচন্দ্র শাবিরো।

থৌব : ঐদি থেরা লৈজদে, লক্ষ্মনবু কনান শাগদগে ? মী গুনরিত্র ?

খুম্বু : ঐ লৈঙরি, লক্ষ্মন শাজরে খুম্বু শর্মা ঐন য়াম্বুং, অহুদি লীলা তম্ব হৌরসি মাই মীং ফিজেং চাকচা কাবক কাবক শেম শানরসি।

(ময়ামহু মেক অপ তৌনৈ, য়োং শাব মশেল, নুপী মশেল অমদি লাইমী শাব মশেল। য়োংগি ফুরিং লিংলি, মমাই থর হাপ্লি, লক্ষ্মন জটা পুট, তেন্দোং তেন পায়, লীলান রানী শা লুহুব উপ্লি থর কে। বালিম্বু লুহুব অম উপ্লি, নিংথৌগি ধমকা তৌই। মেক অপ তৌবহুম্বু কোংন লীলা ওইন মুংঙাইহনব তৌগদব শমনা।)

খুম্বু : হৌরগে লীলা — লোইবিরো হন্দোকপিরো, ঙাইথো

কিস্কিন্ধ্যাবাসী ইচিন্নাওশিং, য়োং তেঙ্গোলসি মশিং ষাম্মন্দে য়ামদ্রবদ মীহুৎ লোম্নব তাসতা হূরীগুম্ব জোকর-গুম্ব অমত্তদি থিসিনা ?

কাওবি : কাকা তুম্বা ৽কসিরা শেল থর পীরগ য়ানি মাদি।

কৈজাও : পার্ট কল্রবাদ য়ারকওই। করি শানবনো ?

খুম্নু : হনুমান মন্ত্রী নত্রগ দূত।

কৈ : মন্ত্রী শানবনি হায়রসি, দূত হায়রুন্নু।

থোব : মাবুদি ঐ য়াওহনগে, লীলা হোরসে।

খুম্নু : ঋষ্যমুখ চীংদ রাম লক্ষ্মন স্নুগ্রীবগ উনরে, সীতা উদ্ধারদা অগুম্ব তেংবাং থরাই ফাওব পান্দূনা পীজগ হায়রে য়োং-শওমগি লান্মী হূপ্ন। তৌবদদি কিস্কি-ন্ধ্যাগি নিংথৌখুভম অমদি মাগি মুপী উমা বালী নিংথৌদগি মুলগ হঞ্জিনহনবিম্ন হায়রে নিংথৌ ফমদারব স্নুগ্রীবনা।

রারী মথাদি মরুপ অরাং তুইন রাম শারগ লক্ষ্মন শাব ঐগ বারী শাবদৈ তাবিসি।

( খুদক্ত মফি হোং লীরুং তেন্দোং পায় )

রাম শাব (লীরুং তেন্দোং পায়): করয়ো ঈনাও লক্ষ্মন কতৈথা সীতা কয়বগিদমক, অতোনব জাৎত পোকপ য়োং-স্নুগ্রীবগ ইতাও শান্নরুরে, মীন ঐবু থীন ঙাংনরগত্র খঙদে।

লক্ষ্মন : পাংন্সিতুদি হরিংদমস্নু হায়জনৈ হায় অশিংবশিংন করিস্নু

করিস্নু কায়দে য়াম্বুং কিস্কিন্ধ্যা লৈবাকসি ভঙ্গলনি, মী কনানস্নু লক্লরোই। হূই, হোদোং, য়োংনচিংব অতে নব শাশিংবু তাইবং মীন ভুংদ লুন ভৌনহৌনব ফনবু ঘরে।

রাম : মক্লপ শানক্লরবনিনা মক্লপকি য়েক্লব বালী নিংথৌ হাংলগ নিংথৌ খুভম মুনব তারিদো, ফরিত্রা ফঙত্রা খঙদ্রে।

লক্ষ্ম : সুগ্রীবন লাল্লবস্নু চুম্মবস্নু মক্লপ ওইক্লরবনিন চুম্মি হায়ন লৌ, য়েক্লব বালী হাংপ করিস্নু কায়দে য়াম্বুং।

রাম : চাউখংলব ঐখোয়গি নীংব থুংনব পাম্বীশিংবি. শং-চেক লাইবক থীব জঙ্গল মচা ঈশিং মচাশিংদি শিকৈনা খংদি করি হায়বগে লক্ষ্মন ?

লক্ষ্মন : শিশন্নু ঐখোয়দি হিংদবা য়াবে য়াম্বুং।

রাম : অদুদি সুগ্রীবং কৌরে', মচিনমনাও খংনৌ ইঙ্গিনসি। মখোয়নীন খংনরিবৈ ঙৈন লোম্ন ভেম্ন তম হাংকে। ঐবু পাংদে, হুরান লাম্নায় চোপ্নি হায়নখিদ্রা ?

লক্ষ্মন : করিগি হায়নক্লদগে, পাঙ্গলদ তেনস্নু হৈবদ অরাংব থাক্কি ডিগ্রী, সার্টিফিকেট পায়বিরিব য়াম্বুংবু, ফিশাব হৈতব, চাক থোংলগ চাদব বালী নিংথৌবু কিরম্নি হায়ব ঙমগদ্রাও ?

রাম : অহুস্নুনিকো, নিংথৌ মচা অচৌ-অশাং মচা ঐখোয়ন শা তানব চৎপদ কাদৌরিব হাংভৌরিব ঙা-শাহূদা পাংদে হায়খিদনব মাংজৌনন তাক্লত্রা ?

লক্ষ্মন : তাক্লদে য়াম্বুং — করিমতা চিংনবিমু। ইতৈমবেম্মা উদ্ধারগিদমক তৌরিব থবক পুম্ব অকবনি অচুম্বনি। ঐ তাদ সুগ্রীব কৌজক্লগে ?

রাম : ভাইখো লক্ষ্মন, ইয় ম্বগ ইতাওসু শান্নরুরে মতম থর কিস্কিন্ধ্যাদস্থ ময়াম্ব বালীন লান চংগ্রিউ নিংথৌ ওইরুরে হায়—, তাদ কৌনু তামো নত্রগ য়াম্বুং সুগ্রীব মকৌশমু অযোধ্যা মচা ব্যবহার ফজে হায়ননব য়েং শওমশিংন।

লক্ষ্মন : কনি, ও ! তা হনুমান, মাননীয় মন্ত্রী। ভাবিরিব্রাও য়াম্বুং সুগ্রীবহ্ শোমদ ভহাক্ত ঐখোয় য়াম্বুংন উন্ননাংই হায়বিয়ো ?

(সুগ্রীব চেন্নকই মুংশা মপি হোন রামগি খোঙদা কুন হজংলি মখুং লোম্ন)

সুগ্রীব : করি সনায়াথং ?

রাম : ইতাও সুগ্রীব, নয়াম্ব বালী হাংলগে, নঙ থংনব হৌ। ঐ তুংদে লোম্ন তেন অথৌব অমনা লোইথোক্কে।

সুগ্রী : ইতাও ইবুংঙো, কুইনদি লাক্লহনবিমু ঐখোয় তাদসে ঐঙোন্দে য়াম্ন হেম্ন কল্লিকো ?

রাম : থঙেঙ ইতাও, তাঙ্গা য়েংলগ খুংকাপ অমদ হেক্ত লোইনি। কিগনু চংলু ইতাও, মখোঙদা লাল্লাও লাও, লান্সিঙনরু।

স্বগ্রীব (খুরুম্মগ): কৃপানি ইভাও ইবুংঙো (তল্লপ বিন চংখি স্বগ্রীব )

লক্ষ্মন: য়েংঙোই য়াম্‌ং স্বগ্রীব, ঐখোয় উ মরুমদ থুপচিন্দুন লৈগে, করিমতা কিন্নু ।

স্বগ্রীব: কিজরাই (নিক্তি নিকই) য়ংরৌবদি য়দে কাউবি-রোইদবনি, ঐঙোন্দাগি বালী নিংথৌন য়ম্না হেম্ন কল্লি ।

রাম: খঙেঙ ইভাও, কুইহল্লোই। (খয় চংগ্রগ উরুমদ রাম লক্ষ্মন লৈখি স্বগ্রীবন লাওখি )

স্বগ্রীব: কনা লৈ স্নখোঙ ভারপশা? কিস্কিন্ন্যাগি নিংথৌ তাংবন্দ ফম্লম্বা স্বগ্রীব লান্দারক্লে, লাক্সিংলরে ভম্মুচো নবুংঙোদা। ঐবু নিংথৌ ওইহনব পাম্ন য়াওরগ ঐগি মিচং চংলো, হয়েং ঐন সিংহাসন্দ ফম্মগ নকম চাউহখি। জৈ জৈ নিংথৌ খুভম হঞ্জিল্লীংব স্বগ্রীব ফমদাবগি জৈ।

বালী (হৌন লাওরকই): কনানো হা! মরোল অহম দিখিজয় ভম্ব বালী নিংথৌগি থোঙ্গান্দ নোংজু হঙোই খোংল-রিবা? নপিন নোং ওই হৈথনীংগ্রবদি নখরাই মাংনীং-গ্রবদি চেঙ্গহৌ বালী নিংথৌ থোরক্তিরৈঙ?

স্ব: (কিরম্বদৈ, কন কন চোং য়োংগুম শাজেন তৌই)

বা (থোরক মঙকপৈন য়েং): কদায়দে য়োংনাও মচানো, হৌ হৌ চোংলিবা? হৈ, স্বগ্রীব। নঙ অহুক পাংদবন ঐ লৈরিঙৈ নিংথৌ ওইনীংলিব্রা? কনান ইনসিল্লি

অপঙবা : নঙবু ঙম্ব নয়াম্বদ লান শীংলিব নঙবু নথরাই থানীংলব্রা ?

সুগ্রীব : মাইপাক্কব হন্ন হন্ন হোৎনব অহিংবৈ মখোৈ ।

বালী : লাও চোংশিল্লকউ নয়াম্ব হাৎলগ নিংথৌ ওইনীংবা নমা নতৈমা মশক খঙদব য়োং !

(বালীসু হৌ হৌ চোংই. য়োংগি মখোং খোংনৈ— ধমকা তৌনৈ তাঙ্গা য়েংনৈ )

সুগ্রীব : তাচৌদি মচন মনাওনুপী মশক খঙবা য়োংলা হৌদোংলা ? চোংশিল্লি খোৎনৈ, চিকনৈ ঙহাক অমুক হন্দোক্লে সুগ্রীব মতুংদ য়েংই, মখুৎ খৎলি )

বালী : য়েক্লবগ লাম্বা তৌনরিঙৈ, নতুং হন্ন য়েংব্রাও পুকচাওব হন্দক্তি নথরাই লৌরগে নঙ, নতৌ য়েংলিব বালীনে ঐ, নুপী অঙাংন কপকনি হায়দ্রন তৌবিদবনি ।

(চোংশিল্লগ চীক্লরে, কোম্লরে, থরো মারো ওনমিগ্নরে, বালীগি মবুক্ত সুগ্রীব জ্ঞানমাং ফমথরে, য়ৈব ঙমদন লেকথরে বালীন নোক্লগ ইম্মুরে । (লাকনরিঙৈ রাম্ন তেন ভম্নগ তোকই )

বালী : ভাব তারব্রা সুগ্রীব ? নতীক চায় চাদে খন্দন নফম চাউনীংগনো লোংন তুনিংব্রবদি, মুংঙাইব্রা ?

(পোংলগা চংখি)

রাম লক্ষ্মন হনুমান চংলগ লাইকম্লে, মশা নোইবি,

ঔশিং হৈয়বি, হৌগংলকই কিংন হনুমান্দা এত্তেক তৌ।

সুগ্রীব : হন্দক্কি নহাগি পাঙ্গল থগ্ৎহনগে কে।

হনুমান : ঐদি বালী নত্তে নিংথৌতোক ইবুংঙো।

সুগ্রীব : ওহ! ঐহাক রাম্বক্রমাল্লে। ইতাও ইবুংঙো ঐন হায়জবত্থনি, য়াম্ব নিংথৌ বালীসি য়াম্ব কাল্ল মাই মমৈদন খ্রাবন নিংথৌবু পুল্লগ থোঙ্গা ওইহন সমুদ্র মপান্দ, মথক্ত ভোং থা ৬ লাই নীংব লিপানে।

রাম : বারৌনু ইতাও, নশক মাগ্নমনগ্রত্থন নচীনাও ঐ তেন কাপ্ল ওমহৌদ্রে। হন্দকমুক্ত থেংনথো, নশক থগ্ৎনব নগ্ৎক্কা লৈ অঙাংব পরেং অম শিথো।

লক্ষ্মন : চংলু হনুমান, লৈ অঙাংব পরেং অমত্ত লেংউ।

(হনুমান চংখি, সুগ্রীব মশাগি অশোকপ মফমদ নাল্লি লোই)

সুগ্রীব : হন্দকমুক্ত থেংনজখো হায়ব (খল্লি), ইতাও ইবুংঙো, হন্দক্কি থর গুলপ মমুব হৌরকপদ-কো নত্তে বারৌবিবদি য়াদে, ঐখোয় তাদসে কনবজাংনি।

রাম : কল্লমগনি, অহ্নগা ঐগি তেন্দি ফন কল্লবসু হৈক্তবন ঙাকপ ঙম্মোই। অত্থন কৌথোকউরা, ঐখোয় উজাউ অসিগি মরুমদ থুপ লৈগে, করিমত্ত কিগনু।

(লৈপরেং শি হনুমান্ন পুরকপ)

সু : জৈ, রামজী প্রভুগি জৈ! (সুগ্রীব চংখি, অতৈন হুনখি, সুথোঙ মনাক্ত) সুথোঙ ঙাকপা কনা লৈ?

অমুক হুম লান শীগুলরে, নিংথৌ খুভম পাম্ব সুগ্রীবন, হায়দুন তমজরু। জৈ জৈ, নিংথৌ ওইরগদব সুগ্রীবগি জৈ! (ভাই লৈ)

বালী (কাক ২ নোক): নিংথৌ ওইনীংব সুগ্রীবনিনে তারা। করিগিনো মগুন ওসি ঐবু লান চৎথিনু হায়দুন খাম্মিবনা? সুগ্রীববু বালীন কিগদ্রাও?

তারা: ননাইবু ভাকপিনি ইনিংথৌ. ওরাংদ রাম্বুন মাইথীব ক'থিব সুগ্রীবন ওসি অমুক অকিব খওদন লানশীওল-রিবসি মতুংদা কনাওম মতিক লৈব অথৌবন ইন্সিল-লকপ ওইরিনি।

বালী: কনা মতিক লৈব মীকওন মীগি মচিনমনাওবু খৎনবব ইন্সিল্লনি?

তারা: ননাই ঐন কিষ্কিন্ধ্যাগি রারেম ভাংবিশিংদৈ তাজবদি অযোধ্যাগি নিংথৌমচা অনী রাম লক্ষ্মন সীতা মাং-খিব থিরি, সীতা হূখিবন রাবন লঙ্কাগি। সুগ্রীবন চিংব য়োং শওমগি তেঙ্গোল মতেং লৌরগ লঙ্কাদ লাম্দানব থৌরাং ওইরম্ব য়াই। রামচন্দ্রদি ধর্ম্ম লৈব লাইগি অবতারনি হায়রৈ, মতিক মহৈদ মপা লৈতব।

বালী: ধর্ম্ম লৈব মহাক্ক করিগি ইচিন্নাও য়েংথীনব হেঙ্গৎনব অমদ মীচং চংশিনলিবা? করিম্ব লৈতব রাবনদগি

সীতা মুন্নব স্রুগ্রীব পাংদব অমদি মাগি দেঙ্গোশবু লানবাংহন্দোব। ঐঙোন্দ হায়রগদি নোংমদ রাবনবু কারগ সীতা কনব ভমগদোবদ! ওম্মোক্রস্থু তাইওরৈনা হে তাইবং। করে ওইনীংব ওইজসগু, ইরাল লৈতব ঐবুদি ধর্ম্ম লৈব লায়গি অবতারনি হায়নব রামচন্দ্রন করিগি য়েংথীভম থোক্নগে? করিমত চিংনম্নু সতী তরা, স্রুগ্রীবসি লম হেন্দৌরি, রারকহৌদব রাদে মহাং চারিৰৈ।

তারা : ঐগিদি খামভরিবনি ইনিংথৌ, মঙ-হানগ মুংগাইতবগ ইচা অঙ্গদনগ পিক্লিবগ, ইতিক্তি নক্চদ অথৌব।
( স্রুকথন লৈ )

বালী : করিমত চিংনম্নু সতী, ধর্ম্ম কায়দব বালীনি, ধর্ম্ম লৈব মীরাই রামগ করিমত য়েংথী-ভম থোক্তে!

তারা : মঙ্গল ওইবিরকউ। ( খুরুম্মগ লৈহৌই )

বালী : অঙাংহু লাপ্ল কোইথোকহনগম্নুহে। ( চংথি )
( থর চংলগ স্রুগ্রীববু কোইন য়েং থিরগ )
কদায়? কদায়দ লৈরে বালীদ লানশীঙব স্রুগ্রীব হায়ব অপঙব মীন ইক্লিল্লগ য়াবদো?

স্রুগ্রীব : প্রজান য়াব স্রুগ্রীব সিদ লৈরে। (মকি শেরৈ চোংশিরৈ থোংবৈ চিক্লৈ কাওনৈ নয়বদ থরো থরো ওরৈ।) উক্রমদ তেন শিঙহুন রাম লৈরি। নয়রকপদ স্রুগ্রীব মথক্ত বালীন কম লৈ )

বালী : কদায়দৈ খৌনাবনো স্মুগ্রীব নওন বালী ঐবু শীওন-রকইবা ?

(খুদক্ত রাম্ন তেল কাপ্পদা বালীদ পান লৈমাইদা হায়-খখি।) কদায়দৈ তেন্নো ঐঙোন্দা পাল্লিবনে, আঃ ... আ ... ... বিষ্ণু বিষ্ণু !

স্মুগ্রীব (চৌগৎলগ) : জৈ জৈ, স্মুগ্রীবগি জৈ ! কিস্কিন্ধ্যাগি নিংথৌ ওইরগদব স্মুগ্রীবৈ জৈ !

বালী : বালীবু নওন ঙম্মাও শাগেগি মৈতাল অশিব নওদি সেহ্যল কাষ্ট পুম্নংকপু মাংহন্নব পোকপা চাক চগ্রীংনি। আ : —আঃ !

(রাম লক্ষ্মন হনুমান থোরকই। তারাস্থু, কপ্পুন চেম্মোরকই।)

তারা : ঐদি মাঙলে, ঐদি মাঙলে ! কিস্কিন্ধ্যাগি মবুংঙো তুরে। নচা অপিকপ অঙ্গদদি কনাদ শিন্নবিরম্নে ইনিংথৌ ? হৈমা ! কদায়দৈ তেম্নো মচীনমনাও খংনবদ কনান কাপ্প তেম্নো ?

রাম : সতী, রাম ঐন মরূপ স্মুগ্রীব কন্নব কাপ্পুবনি। মরূপকি মতেং পাংগে রাশকলুহ্নবা।

তারা : করি ধর্ম্মনো, হে রঘুপতি লায়গি অবতার ধর্ম্মগি মীচং রাম্ন মচিন্নমনাও খংনরিডৈ, তু দৈ লোম্ন ভমথীরব তেনসি কাপ্পিবদি করিগি থৌনামকনো ? সীতা মাংখিবৈ মহুৎ য়োং মৌ ঐন শিঙ্গব য়াগত্রা ?

রাম : চৈয়ু সতী তরা, নঙন চৈনীংব মওংদ থীন চৈয়ু ঐহাক লাল্লুরে।

তারা : সীতা উদ্ধার তৌব ওম্বিরবস্ত রাবনগি মথৃংতৈ, ঐন থায়ন মৈচাকন বারিব অস্নুম্ন অমুক সীতাগ কায়নহ্নন অরাব ঈপাক্ত লুপ্লিয়ু।

বালী : করিগিনো হে রাম, ধর্ম্মাবতার নঙন ইরাল লৈতব ঐঙোন্দ অরেনব তেন কাপ হাৎতোকপিনীংবা ?

রাম : চুম্মি ঐ লানগ্রে বালী নিংথৌ। নহাক স্নুর্য্যদেবগি মচানি, নঙগি মতম শুরহ্নন্সু তৌবনি। স্বর্গদ নুংঙাইন লৈরুরদৌবনি।

বালী : ইচা অপিকপ অঙ্গদবু ননাইগুম্ন লুনা তৌবিয়ু প্রভূ ?

রাম : সুগ্রীবন নিংথৌ ওইরগ অঙ্গদন যুবরাজ ওইরনি। মাগি য়াইফনব ঐন শিনগনি। হয়েং মপোক্ত লমনস্নু খুমহন্নি।

তারা ননাই ঐগিদি করি ইরালন হে রাম লুপ্রাবী ওইহনবীবগে ?

রাম : নফম তারোই লাঞ্জদবী নঙদি, ইতাও স্নুগ্রীবগি ওইদ ফম কিস্কিন্ধ্যাগি পর্মেনেন্ট মহারানী ওইথথিনি। ইতাওগি ইবেম্মা উমান অনীগুবী রানী।

বালী : নখোঙ থম্বালহ্ন অমুক্ত হে রাম। (ফি খাজিল্লে। মপান্দ দিরেক্টর বারীমখা লীথখি)

খুদ্মু দিরেক্টর : বালী নিংথৌ স্বর্গ কাগ্রে, সংকার লেইগ্রে।

কিস্কিন্ধ্যাগি সিংহাসন্দা সুগ্রীব ফমগ্রে নিংথৌ ওইন, সতী তারান মহারানী: উমান সেকেন্দ রানী, অঙ্গদন যুবরাজ।

নোংজুথা ওইরক্লে, মাল্যবান চীংথক্ত রাম লক্ষ্মন থাংপোক মনুংদা নোংহাংব রান ভায়রি। সুগ্রীব নিংথৌন লুপী অঙাং পেলহন কোনুংদ হয় ও কুম্মৈ মথল মথেল শানরি। নোংজুথা লোইপ্রগ, শরৎ ঋতু নোংহাংগা ফাওরক্লে, অদুবু সীতা থিবগি রা কাউগ্রে সুগ্রীবদো। ছজিক মীংয়েং তাবিসি কিস্কিন্ধ্যাগি কোনুংদ মহারাজ সুগ্রীবগি রায়েন থৌরম। ( চংখি )

কোনুংদ সুগ্রীব সিংহাসন্দ ফম্মি মনাক্ত হনুমান মন্ত্রী ফাইল পায় রাকংলি।

হনুমান : করিনো ইনিংথৌ মন্ত্রি ওইবসিদি নুংঙাইদোবোই নিংলম্মি, ইমাই চোপকে, মীরা তাগে খল্লব ওইরম্মে।

সুগ্রীব : নৌরিদুন তৌবনি মন্ত্রী হনুমান, খর কুইরগ হৈনরকখিনি মাইকনব ইকাইখঙদবসিদি। লৈবাক্নগ লায়রব লৈবাক ওইরে, মহৈ হৈব, খুংগা হৈবসু রাংলে য়োং শওম প্রজাশিংন। নোংমৈ খর ফরকনি, থাংব কনবদ তম্বিরগ লোইরে প্রজাশিংদ। করিনো লকোক রাই চিল্লিববো? প্রজাশিংগি অনৌব রাকং করি করিনো?

হনুমান : বুদ্ধ ধর্ম চংপ, রামান্দি ধর্ম্ম চংপ য়োং শওম প্রজা

ফাওব মবুক থম্মদবৈদ, নিংথম ফি রাংপাদৈ থাঙ-ঙেন পোক্লাওবি পায়ন মুমরে লাক্লুরে হাংনরে শুনরে। থবক শূব কাংবুন অরামন মতিক চাদে রারেন্ন স্ত্রাইক চথরি।

স্থগ্রীব : স্ত্রাইক হায়বদি করিনো হা? মন্ত্রী?

হনু : চাবদি লেপ্তুব থবক শূবদি লেপ্লবু স্ত্রাইক কৌই ইনিংথো অঙাং নস্তব নিংঙাই।

স্থগ্রীব : করম্ন লোইলমদৈ রাইক্লব শুংলাইনো অহদে! (মথদাং মেৎ চিন্তা তৌরিডৈ, তারা উমা থংনরকপ চৈনরবপ মখোল তায়— মনা থাঙ্গৎ তানৈ)

উমা : মহারানীনি হায়হুনস্থ মী অতৈগি মরল, মতম নেং-থায়হুন পানব য়ারোই!

তারা : খুংশাপি খুবী খুনাওবী খায়বনি উমা, নতিক নপা চাদন নিংাই তৌনু. অকংব থরন পেনব তম্মু নরাই-বক্লুম কমনখ্রে।

উমা : য়ুমদাংবন কয় নাই হায়বহু তৌবিরব্রাও? হুজিক কিস্কি-ন্ধ্যাদ নিংথৌ ওইরিব নিপাসি কনানো? ঐসে মঙ্গোন্দা ইহান হাম লুহোংফান্দ ফম লৈ হুকখিবী মুপীগ্নুনে।

তারা : অহু ওইরবস্থ নিংথৌ খুভমদি অঙ্গদ পাবুংগিকৈনে. পার্মে-নেন্ট মহারানীনে-ঐদি। শারেল পুরোন্দ চৎনরক মতুং ইন ঐন মহারানী, নঙন ইখা থংব সেকেণ্ড রানী। ঐন হায়ব নঙ ইনব তাব, পোৎ অনী য়েন্নবদ ঐন

অপাম্ব খলহৌরগ ঐগি খন্দোকখাক্ত নগুন লৌজ-
হৌব ভাব :

সুগ্রী : করিনো করিনো ? লাওনরিবী অনীহ কৌশিল্লকউ মন্ত্রী, ওম্বোকপ লাইবকনিদ সত্য ! নিংথৌ কয়া রানী ২০০/৫০০ লোনব য়াওই খংনৈ হায়ব ত.দে।

হনু : ইবেম্মা অনীমক থংন লাওনদৌ শরুক, ইনিংথৌদ বিচার তৌহনবিরো লেংসিনবিরকও।

তারা (মাং থা শাওন চংলক) : তা হনুমান মন্ত্রী, ল:পন লৈবিরু, অরোনব রারী খর শাগে।

( খুরুম্মগ থোকখি হনুমান )

সুগ্রীব : করিনো করিনো নচিন্ননাওন খংনব্লিব লাওরিব ? লৈবাক্ত সুক রানহুন চাব রাংপগি, লৈনব য়ুম থুংদবগি, ইন্দ্রাহিক হায়রা করিনো চথরি, থবক শূনদনা চার তুম্ম ষষ্ঠী পুজা শোন হঁঙা হঁঙা কপ্পরি, মৌশবী নখোয়র্নীন অঙাংশা কপ্পিবদি করিগিনো ?

তারা : লালুপকি মুমিং য়েন্নব য়াম্ম চোপ্পি মসি মুপীসি।

উমা : চোপপিবসি ঐরা ইচেমা ? মুমিং ৭ নিনা শাব চয়োল ঐঙোন্দা ছম্মীদ, চয়োল ৫ না শাব থা ঐঙোন্দ চয়োন অনীদ !

তারা : নরাইবক্তম কবনি খল্ল। শাওরকন চোপনা।

উমা : কুমশি নোংজুথাসি ঐগি ওইনি ইচেম্মন, হায়বিথিব্রা ?

তারা : হায়খি, নোংজুথা খোঙ চোৎপ তদ ইমুংদ মৈনাক্ত মৈনৗংব। নঙ্গোন্দ নোংহাংথা পীবগে ভৌরম্ব।

উমা : নোংজুথা লোইরমদাইসিদ ঐঙোন্দ ওইজরো শরৎ ঋতু নোংহাংথা মহারানী মাপি ওইরগে লায়রে। সিবু কনানা শা ওনৗংওইদগে ? (কপ্পি)

তারা : নঙনা কপশিন্নরিবন্থুদি নপি অইংবনি উমা। ঐন কুমশি ইমীৎ অনীদৈ শিম্বুখিব পি চক্ু অনীগুদি ঙি ঙি শৌন শাব মনিল কাবনি। ইংহৌরব হকচাং শাপৎহনব ভাব,

সুগ্রীব : কপকণু উমা, কুমশিদি নচেম মহারানীন হায়রিবমখৈ ইনব ভায়, থাংব তম্ম্।

• উমা : ননাইবু ইঁপামদা থিনবিরো, রানী ওইব তঙ্গরে।

তারা : থিন্দ্রবস্থু নখোঙ পাল্লি হেক চৎখো, কালেন চংলক্লগ লাকউ। (সুগ্রীবগি মনাক্ত কেথরুই মনঙ্গলদ মমাই থম ) (বালী শারঘন লোক্ত শাওই)

উমা : ঐনা হংজরিবসি ঐগি নিপা ইনিংখৌদনি।

তারা : নিংখৌ হায়বসি য়োংমুবী, নথন্দগি শেঙ্গাও খুনাং চারব ওইব য়াদে প্রজা পুম্বগি মপানি, মতৈনি থঙঙ্।

হনুমান : রারৌবিনু ননাই মন্ত্রী চংজরক্লে, তঙাইফদবম

সুগ্রীব : করিনো মন্ত্রী, করম্ব শাবাও লানবাও ?

হনু : লেংলক্লে খোঙ্গান্দ মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মন, নোংজুথা

লোইরে হায়নখিবৈ।

স্থ: লক্ষ্মন হায়বদি ?

হনু: শ্রীরামচন্দ্রগি মনাও ইবুংঙো, সীতা মাংখিব খিনব থোদাং কাউবিরব্রা ?

স্থ: সীতা মাংখিব! (খল্লি, নি·শিংঙি) 'ওহ, চুম্বা সীতা মাংব কংনব থিগে হায়নখিমানে, চুম্মি-নহৈ।

লক্ষ্মন (শাওন চংলক): স্থুগ্রীব নিংথৌ!

স্থুগ্রীব (হৌগৎ, মখুৎ লোয়) প্রভু, রামচন্দ্রগি মনাও ইবুংঙো।

লক্ষ্মন: নঙগি নিংথৌ খুভমসি নপাঙলনব্রা ?

স্থ: মচ্ছদে, ময়াম্বুংগি থৌজাল।

লক্ষ্মন: য়াম্বুংন নারক্ত লৈবা য়োং নঙ্গোন্দ কয়িগি থৌজাল ?

স্থ: ইবেম্মা সীতা খিব য়াওনব।

লক্ষ্ম: থিরুরব্রা ? নিংথৌ য়েঙ্গাং মথেল মথেল চাবদ কাউরেনে নঙ ?

স্থ: নোংজ্থা লোইকাৎতহুন, চিকেৎ চিকেৎ—

ল: নঙবু মপান থোক্রবাও ? লৈমশিজশিংগি কা মন্নুংদ লিকোল শানহুন ঙাক লৈরবাও ? কিস্কিন্ধ্যা পুম্নমক নোং হাঙলে, কোম্নুংসিদদি ইমুংদ নোং য়ুব্রাও ?

স্থ: রাংরৌবিন্নু মনাও ইবুংঙো, মনাই ঐথোয় হয়েং (মখুৎ থেক) হংচিৎতগি থিব হৌজরগে।

ল: হয়েং হংচিৎ ঙায়ব য়াদে ঙসিমক থিব হৌরো নত্রগ নহাল নয়াম্বুংগ লোয়নখিব ভেন্দো কয়া থৌবগে হায়ব

মগুস্ন মহাও য়েংও।

সুগ্রীব: (ফুক হোগৎ ) ননাই ঐ হৌজরগে ?

লক্ষ্মন: অহুদি চৎমিন্নরসি লাকও !

সুগ্রীব: হানবিরম্মো, ননাই ঐ লাম্মী খোম্মগ লাকচরগে, মতৌ সেনাপতিস্ন ওইরো, লানগি পুংজাউ থৌজ্ন, লাম্মী পুম্ন কৌথৎলো।

(হনুমান সালাম তৌরগা চৎখি )

ল: ঐহাক খোঙ্গান্দ কম ভ্রায়রমগেকো ?

তারা: লেংন্ন লেংসন্ত্রে।

উমা: করিমতস্ন কাস্ত্রে, হৈবোং অমুনবদি লৈরিনি।

ল: (মপক য়েংদুনা) মুংভাইরব কোন্নুংদ ঐ কমত্রে, করিমত চাদে ব্রতস্ন তৌরি। ( চৎখি )

উমা: কল্লক পেল্লি, নোংজ্থা লোইত্রে, শরত ঋতুম লান্দ লেংখিদোরে। ( চৎখি )

তারা: সীতা খিবসিবু মখোয় কাকা অয়ুক মুংখিলদদা থিবি-দোব নত্রা ?

সুগ্রীব: লাম্মী ময়ামদি অয়ুক মুংখিল মুংদাং থাক্কন থিব চৎহনগনি, ঐখোয় মকোক ওইব খরদি মুংদাং মুংদাং

তারা: হোয়নে, মুংদাং মুংদাংদি কোন্নুংদ হনবিরকপ কৈনে।

সু: হন্নকনি, অহুদি ঐ চৎলুখিগে, উমাগ খৎনগন্নু। মাদি চহি য়ামত্রিবনিন জ্ঞান খর বাংলি।

তারা : করিনো মী পীকপৈ তৌবনি, ঐঙোন্দৈ মান থা তরুক হনবনে মিংগৌভম য়ানদহুন। (নোকফেং)

সু : হোয়নে, অহুননি নঙন হেন্ন তদেক ভদেক উরিবা। অহুদি ঐ চংলুখিগে।

তারা : মঙ্গল ওইবিরকউ। (মকোক খুম্ম খুরুমই)

সু (লেপ্পুন ঙহাকয়েং) : জঙ্গল কয়া কাওহুন চংলুনি, করি করি উহৈ অপান্ব ভপকনি ?

তারা : নোঙ্গাংহৈ অমুনব মথজাই ঙাংশং — সুক য়ায়্ন !

সুগ্রীব : কোমলাদি ? (থর চংসিন য়েংই) লকোইসু কজব কংব য়াই।

তারা : মুন্দবদি চানীংদে।

সু : হৈতুপ কজব জাংভি ?

তারা : হৈথাপ হৈভুপ অককপগদি নঙ য়াম্বুংগি ফিরোই য়ৌ-ত্রিকাওদংদি হেনখিব তায়। (কপশিন্নে)

সু : যাত্রা তৌরমদাইদা নমীংতৈ পি ?

(লক্ষ্মন ফিংন চংলক, সুগ্রীবগি মখুদাং পায় পুখি।)

ল : সুমিংশি আঃ য়ৌগ্রেনহৈ। (ময়া খিগৎ তারানা য়েং নৈহোই। বালীশাব শাওরপ চংলকই মতুংদৈ)

বালীশাব : তারাশাবি, লীলাবতী (শাওন) ! আইজ বেক ! নমীংতু নভুংদ।

তারা : লীলা থুগাইরিবি নঙবু কনানো ? (য়েংথোরকই)

বালীশা : নপুরোইব ওইরম্ব বালীশাব।

তারা : বালী শিগ্রে. নঙগি লীলা শরুক লোইগ্রে।
বালীশা অহ্ ওইরবস্তু ঐ, নঙন থঙ্গব কাওমচা ওইনরা চাংব
য়াই নুপা।
তারা : অহৌবু সনথোইত কাওমচা ওইনদি চংলক্নু হ য়ব মতম
চাদে, দিরেক্টরন শাওরকপ য়াই।
খুম্ব (কিংন লাক) : করিনো করিনো করি কাথোক্লো ?
কাওবি : দিরেক্টর সাহেব! ত্রেতা যুগতা রামায়ণগি তারা
শাবী মহাক্লা সুগ্রীবশাব ফৈজাওদ য়েংখিব মমীংকি
মীংয়েংহ্ ত্রেতাগি মীংয়েং নত্তে, কলিযুগকি হূরান
মীংয়েংনি, সেম, সেম! মহৃদস্মু নত্তন সুগ্রীব ফৈজাওদ
তারাশাবীন মমাই ঙাসিন উমাগি মমাংদ লকুখিব,
ঐ মুম উহৌই, ত্রেতা যুগকি লীলা নত্তে, কলি যুগ
হৌরে হায়হৃন বালী শারম্ব তোক কাওমচা ওইন
চৈব খোরকপনি। উহৌগ্রা ডিরেক্টর সাহেব, সাক্ষী
ওইবিয়ু।

(এক্টর অতৈস্মু খোরক্লগ য়েংলৈ)

লীলা : মিষ্টর কাওমচা থীদৈ. ডাইরেক্টর ইজ নোট ডিক্টেটর,
মান হায়রিবমথৈ ইন্দোব নত্তে, এক্টর খুদিংমক লীলা
মুংঙাইব হেন্নব ইমপ্রোভাইজ তৌবা য়াই রিদিন এ
সারটেন লিমিট, "ওঝান তম্বিবদি খিংত, ঐন হৈজবন
অয়াম্বা" হায়নদ্রাও ?
কাওমচা : রুল ওইনদি চুম্মি, করেক্ট, আই এগ্রি, বট য়ু

হেভ ক্রোস্ড দি সার্কল, সীতাবু হেন্দোকনু হায়রুন লক্ষ্মনা খারম্ব লৈই সম্বন্দো। ত্রেতা যুককি এক্টিং সার্কল দিরেক্টরন পিবহ্নু কলি যুগকি ফিলিং, ইমোসন মহুই মীংয়েং সার্কলন ককথৎ ওভরলাপ তৌগ্রে। লেদি ওফ ইজি মোরেলস, থনুং মোংন মায় নানবী, কাউগনু, ইদেন গাদে´নদৈ এদাম অমসুং ইভপু তাম্বোকখিবহ্নু নওগি নমীংতুগুম্বন হৈরাও মিতারুবদৈ!

লীলা: আই এম ভেরি সোরী, মিষ্টর কাওমচা ইয়ু স্পিক লাইক এ স্কুল কাফ, স্কুলগি যন্নাও মচাগুম রা ভাংই ভায়া কাওমচা, ওম্বোক্ত তনগ্রে। দিরেক্টর সাহেব, হুরাই ডোন্টয়ু, সট হিজ মাউথ? মচীনসি মেপ্রিব করিগিনো?

খুনু: ঐ ওকই শকহেনবি, লীলা মতাংসিবু ত্রেতা যুগকি রামায়ন্দ কলিকাও হায়রব মতাং অম থেংচিনব য়াত্রা হায়রুন।

কাও: উত্তরকাণ্ড, কলিকান্দ থিংবিনব লৈভে। দিরেক্টর সাহেব, তারাশাবিন অশাই সুগ্রীবদ ওভরেকটিং তৌখিবহ্নু য়াবী-নীংত্রাও? হরাট ইজ ইয়োর ওপিনিয়ন সার?

খুনু: ঐন কন তাকখিনি, অহিংব অহিংবী আরটিসনিন স্তেজদ মনীং তমখি, ফিলমদদি কট হায়ব য়াই দিরেক্টরন।

কাও: লমহেল্লবদি ষ্টেজদৈ তাম্বোকপ নথৌ?

খুমু : মুপী এক্রেস তাংবনিন লীলা য় ওবীদি তম্ভেরপ য়াদব পার্মেনেক্ট মহারানী, তার গুর্মী করে রামা-য়নগি কান্দ খুপচিন কলিকান্দ হৌখ্রসি।

(লীলাবতী য়োংগি মেক-অপ থম হেন্দ বেগ অম প য় মম ই মমীং ভৈংহোক য়ুমদ হল্লব শেম শাব লেইরে। বালী শারম্ব কাওমচাগি ফিজোন শেংলে রাম শারম্ব থৌবম্ব, লাপ্ন ভায়রিব স্থগ্রীব শাবম্ব কৈজাও ওনগ্রে কলিয়ুগকি ফিজোন্দ।)

খুমু : অাঁত হন্দোকপিরো কলিয়ুগগি লীলাবতী অমদি মইে শাব কাওমচা খম্বন মৈশা লাংবিরো।

( কৈজাওন রিংস মরুমদৈ মমাই থিন্দোক য়েংলম্মগ খংহন হন্দোকখি, খুমু মশাম্ব ষ্টার্টকি মখুংন সাইন তৌরম্মগ চংখি, থৌবম্ব মতুং ইন চংখি।

কাওমচা : রামায়ন লীলা লোইরে লীলাবতী, চাকশঙদ ভাল্লুরো

(লীলা খর চংখিব তাদন)

কদায়দনো চাকশঙদ হায়রগা ?

লীলা : ভা শেম্নম্ম, ওহাক্তনি হোটেলদ চা অমতং—

কাও : কনাগ থকখিম্নব ?

লীলা : স্থগ্রীব নিংথৌগ।

কা : রামায়ন লোয়রকাও ?

লী : স্থগ্রীব শাখিব কৈজাওগ।

কা : ঐগি অশ ওবীদো ?

লা : শিরব বালা নঙগি অশাও রাঙ ংন মৈথু চুশ্রে অহিংবৈ মম ইহু।

কা : চুখিশনু নঙ্খৌ কবি লৈ ?

লী : তৈথোকউগে ভৌংনে ইশুংলংগি মমীংথুপ্তো।

কা : ঐন য়াদে। ঐবু কনানো নহাক্কি ?

লী : এক্সপ্রিমেন্টেল হাজবেন্দ, চংয়েংগি নেকপ ইপুরোইব। অশেংব নঙ্গে কাওমচা, করিয়েতে।

কাও : মৈতৈ নিপাদি নুপীন ভম্ব য়ানদে।

লীলা : ভমগে হায়দে, চা অমগুং থকমিন্নরগে হায়বনে। ঐবু মাগি ফুরিংখংওদ হাপ পুখ্রদ্রা চা থকমিন্নরগা ? (শাওহুন লৈবউ) মপান্দদি নঙন ভম্ব শাও, মনুংদদি মুপীন হায়রিমখৈ নিপান ইন্দোবনে।

কাও: খোইদো য়াম্মা শাওগংতোরি, ঐ তন্নে খংযনরসি।

লীলা : কদায় য়াদগে, থা ৬ হায়নখিবহু শুদ্রি।

কাও : লাইরিক হৈতবীরা নঙবো, নপুরোইবঙৌবি ?

লীলা : সেক্সোলোজিগি এম, এস সিনি, রিশার্চ তৌরিবি স্কোলার অম। য়ুস্থানবগি চাংয়েংসিদি নোক্কুন ভাক লৈব য়াদে, শাওনীংব কপ্লিংর খর থাংব ভাবনে, য়ুস্থান অনৌবাও ?

কাও : ভাইখো নঙন রিশার্চ তৌরিবসি চপ চাব করি হিরমদনো ? সুগ্রীব-শাবগ চা থকমিন্নব য়াওদব য়াদব্রাও ?

লীলা : য়াদে, নুংশি লীপুনগি মরমদনি।

কাও : ইমানীবু পুন্নবসিদি কোম্ম হৈ ?

লীলা : ঙরাক্তং কোমথিসনু, অমুক চিল্লকখিনি।

কাও : কৈঙ্গাওদ পুনব হৌরুরগেরাও ?

লীলা : হৌখিরাই, থা তরুক রাংলি। নবুক তপ্প ইংন ঙহাক্ত লৈরমখো খম্নজাউ।

( চংথি মোমোন তৌরম)

কাও : ঐ চিংনৈ, শাওনাংই। তাল্লাশাবি মাগি মীংয়েংবো কাওব য়াদে, ইখোঙন নেংলিব লৈবাকসি, মান শং চংখিবগ ফাঁসী শগাইগি খোঙনেংকম্ম শং লৌথোকখিবগুম পাথংলি ঐ, কোকচাওবী কাম্ন, খংপেক !

লীলা (লোম য়েংলম্বদে) : নত্তে, ঐসে ননাক্তগি স্থকাহন হেনদোকনু হায়ব্রাও ? (মখদাং খাঙ্গংলুই) ঐবু লুহোংখোংদোংবদ, মীরাম্ব তিনব এনী সোসয়েল ফংসনদা য়াওব ম্নারয়োইব্রা পর্দা মনুংদ পংনুরাও, মাইখুম হাপ চং ওমচাকনোরাও ?

কাও : নঙদি খঙেডাই লীলা ওইবী, ঐন নঙবু কয়াম নুংশিজব

লীলা : থেঙক য়ু দার্লিং, মচুইদমক নঙবু ঐন খল্লিবনে এজ দি খোঙল ওক এ লিবিং হাজবেন্দ ঐগি চাংয়েংগিদমক। (মকোক মমাই নানবি, পাম্বোমদ নম্বি, কাওবমচান উইথে)

মিনিট অহুমদং নমীং উইশিন পোখারম্ম, রামতং হায়রুরগ শং হল্লকে নুংশিথোইবা? (তপন চৎখি, মতুং ইন)

কাও : ঐ তূম্ব য়াদেয়ে।

লী : তূমাংশল্লো মীং উইশিন, ঙাহাক্তনি।

কাও : কনাগুম্ব নিপা অমনা হেক্ত কাখিব য়াই নঙবু নুংদাংসিদ। নঙবু কিদমেপ থৌগ্রবদি ঐ করম হিংথৌগ

লী : কিগম্মু ঐ কি-ন শাব লাইদী নত্তে। (চৎখি) (তুমিন্ন নুংগি মূত্তিগুম লেপহৌই)

কাও : ঐন মাবু ঙাওবমথৈ পাম্মিবসি, ঐ লাল্লি, ঐ থঙিঙ ঐ লাল্লবনি। ঐহাক মাগি মতৈ-চানব নত্তে, অশাবনি থাও ভংগি। থা তরুকসিগি মীকুপ খুদিং অংরম্বদ মাংহল্লিংদে। ইস, কয়া কুইরবনো ঐগি মীৎকি য়াংমদা মহাক্র মাংলকইব। মহাক্র ঐবু হায় কাপ্ত হাজবেন্দ ওইন থনবিব কান্দ ঐন হয়াওখি : পুল্সিগি চিঠীখেলা কাওরেদনা। থা কাপ্রি ঐ থনব ঙমদে, ঐথোন্দ মাবু অতোপ্পা অমদ। য়ারোই মহূ, কৈদৌঙৈদ ওইব য়ারোই ঐন হিংলিঙৈ। মহাক ঐগি ওইন পোকপনি, ঐগি ওইন শিখিদোবনি। মসি ঐগি লেংজ্রব য়ায়েপনি। (ঙাওরগ মুরুম মুরুম শোল্লি)

থৌব (লিক্লোপু লাক): করিনো মুরুম মুরুমহুবো? শগোল ঙহাক থোংসে? মেম সাহেবতি গ্লাস ২দং

কাও : চংথোকখি, ঐ পুথোরক্তে।

থোব : করিগিনো অহিংদ মতম কন্ত্রবসিদ চংথোকহনখ্রিবা ?

কাও : মিংতুপ অমত্তনি। (চংখি)

থোব : ইতিহাসত থোকখিব অংকপ থোৗদোক, অরাব মুংঙাইব, অফব ফত্তব পূম্নমক মীংন কুপ্লদ থোকখিব ওাক্তি।

কাওব : মত্থবুদি চুম্মি।

থোম : য়াওশঙদা নোংম মীংন কুপ্ল অমদ, নইতম ফজবীদু ঐন লৌব ভায় হায়ন বারেপ, শেল চংন রান হোংন লুহোংখি হলঙ্কার নুমিৎত। (থকই)

কাওব : করম্ম কৈদৌঙৈ খায়নখি ?

অরাং : লুহোংলতুং ৫নী চাক্তৌব নুমিত্ত, মনীংথোঙ ফয়াদ মখোয়গি, পাখঙ অমগ কপমিন্ন লৈরম্মে ফক্তবীদো মমীংতৈ মপি বুপ বুপ লৈমাইদ ভাহন। মহু হেক উথিব মিংকুপ্ত খায়নরগে রাশকখি।

কাওব : কয়া কুইরগ খায়নখি ? (থকই)

অরাং : নুমিৎতুদ য়ুমদ হলগ, অহিংদ রা লোইনরগ নোংক্ষুং ওানবদ ময়ুগদ থিনবিবি।

কাওব : ঐদি মহুম তৌরোই, হাংতোকনি।

থোব : হাংপমক্তি হাকমন্দ্রাও ?

কাও : ঐগি ওইরম্বি মাবু মীগিদ লৈখিব উব, ইমীৎসি তাং-হনগনি হাংপ ওমত্রবস্থ। (ওাওরে)

থোব : হোয়, হাংপদি লায়রে মতমসে। ঐথোয় কেমিষ্ট্রিগি লেবোরেটারীদ হ্য় য়ায় লৈ, খুদঙ নত্রগ নোংম নিনীদ মকুপ খরন লোইহনদ য়াব।

কাও : মকুপ খরদং ঐংঙোন্দ পীয়ুব তাথোব লুপা কয়ানো লো (নোট চবুন ফুরিংখাওদে পী)। লেবোরেটরী এসিষ্টেন্ট নত্রাও ? নখুৎতা শো পায়রিবনি ?

থোব : ইনাওন হাংনীংলিবদি কনা ? চা খঙদে, কফি খঙদে মহী অমদ মরীক খিৎতং, লোইরৈ মীহ্ খেঙলবদ হুয়ীদ। পামত্রেদ শেল, হন্দক মরকসি।

কাও : শেলহ্ পায়শিল্লু, মীশক কোয় তাক্কে। হুজিক খিৎত পীয়্ চৎসি।

(থোবন শেল পায়শিল্লি খরন হনবিরে, লীক্লীন চিংব খর চারথায়রম চৎমিয়ত্রে।

কৈজাওন মাং থা লীলা হল্লকই)

কৈজাও : তাকাওবি, বালীশাব শাওগনবাও ? চাক থোংলিত্রাও ? তারাশাবী খিনজয়ক্লে, মাংত্রে, কনামতবু কাহন্দে, কন্নিমজা চিংনবিনো। (কোইন য়েংলগ) লৈবু লৈতমানে, ওকখিত্রেদ কনাগি মুপীন সেবা তৌনীংদগে য়্মশঙ কৈঙাক, চাকথোং-কোঙ তনব নিপাবো ? নিপা পুয়মক চেম্‌হনগনো, ঐথোয়দি যাওদেকো লৈকাই কোইগনব নথোয়গী কাংলুপ্ত।

(লীলান মতৌ য়েং নোককৎ তৌ লৈ)

চো:প্লি হ'য়গে হায়জৌ ঐখোয়দি মুংশিংহব মুপীন হ:য়ব ইনব ক'ংলুপ্ত য়াওজনিয়ে। য়ুম য়েৌখিরে য়ৈখ য় থিঙ্গায়ব য়া'ওদন, ঐস্মু হঙ্খিব য়ারেকো?

লীলা: থেঙ্ক য়ু, য়াক্তরে।

ফৈ: ঐবু ওহাক ফমহখো, চা কফি অ'রৈব থর থকমিন্নখিসি হায়হুন খ'ঙ্গিদ্রেকো?

লীলা: মতম থেঙ্গলবনিন খামজরোই।

ফৈ: অমহু লাক্লি ফ ওব ইথন্দ লৈব, চাকইশিং থোংব থাকপদ চেংবাংজরমখো রারী ওহাক শাখিসি কাস্নু হায়বিররেইদ্রা?

লীলা: হায়জররোই. অদোম্নু মান সিদ লৈরম্ব উবদ চিংনখিব য়াই মবুক ফত্তবনিন।

ফৈ: মাগি মবুক্তবু ডোক্তর অমদ পুবিরগ ফজন শেং-দোকপিব শৃদোকপিব য়াদ্রা?

লীলা: ডোক্তরহবু চিংন মখোয়নী খংনরক্লবদি ঐন খাম্ব ওমজরোইদব।

ফৈ: ঐগি পালি লাক্কদবসি মে জুন

লীলা: শরৎ ঋতু চংলকপদ থা ৫ ওায়বিখিব তায় মরম ওক্ত।

ফৈ: মুমিং থাদ পরপ পরপ হৌবিরো হায়হুন খুরুম্নদি কায়দে, মরম ওকপ অহুম চিংলিকো?

লীলা: খাইন য়াব, পুকচেল ফাব ওখাক ওস্ব, মী ময়ুমদ থেঙ্গন

ৈলথোক্তববু মরম ওকপ কৌই।

কৈ: অহৃদি থেঙিদ্রিৈঙদ হঙ্গহৌরগে?

লী: ফনি। (নোকফেং তৌনি)

চায়রম্ম পে ং চৈ লোইশিল্লি. মফি মরেল লীশাগি থর হোংদোকই, চাক থোংনব লাংবগি থবক চিনব মতৌ তৌরি। ভাওরপ তৌরব লাকপ, অমদি লাকপি কৌব লাকই।

লাকপ: থবক্তি চিন্ন উই — মরম ওক্ক — মানবীসে?

লাকপি: রা অমত্ত হংজগে হায়ববু তাব শংবিগদ্রা?

লীলা: (থৌওইন য়েংদ পোং অম থম্মরগ, গ্লাস অম তৈথোক থোরক্লগ): করিনো হংবিনীংবহ্ হেক্ত।

লাকপ: ঐখোয়নীবু শক খঙবিত্রা? কাউরত্রা?.

লীলা: করিগুম্ব হিরম অমদ পুক্লিংসি লুপশিল্লবদি হিরম অতৈহ্ অকাউবগি মিরুমদ লৈখি।

লাকপ: চুম্মি কাউফৈ, পোকপি থাকপিরকপ মমা মপাবু কাউথোক্তন কনাবু কাউদগে? নত্তে, অরুব থবক অমদ পুক্লিং লুপকে তাওখৎলোই হায়রবদি —চুম্মিব! হৈ! ঐখোয়গি ইচা অশেংব্রাও? (লোয়)

লীলামা: ইচা নত্রবদি অতিয়াদৈ ভারকপ থরানমৈচাকখাক্লাও

লীলা: ঐদি ষ্টেজদ ভানবি থরান মৈরানে!

লাকপ: পাংথি কোমখিগি লমৈ থানবি নত্রবা?

লাকপি: মীন হায়নবদি বিলাত্তি হূই অমোম।

লীলা : মনীং থুংদবশিংন মীবু থাদবগি ওমখৈ ন ইদে, লক্ত-নীংব মখৈ লকনজসনু, অনীংবহ্ পাংথে ক্লব ত'নব মুপানি ঐদি, স্থলত না য়েজিয়া !

লাকপ : মিংগি য়াদি করিস্থ নৈতে থা উবব অহিংবু থাস্ত নৌব য়াই থাশি কৌব য়াই নত্রগা কোম্বিরস্থ ।

লাকপি : থাজ-য়েঙ্গব মতম লিংথ্রনি, কাম্বরোই নুপীমচা যুমদ হল্লসি, নঙ ঙাওমল্লে বিলাতী নিঙোল ।

লীলা : কাম্বরোই হল্লো, ঙাইবং মীগি অরুব লেনচং শাজং অমা থিরিবিনি ঐ, খুরৌ থাংলনু ঐঙে ন্দা

লাকপ : য়েল্লাং কেঙে ই থিবদগিনি অহৈঙ কুঞ্জমালাবু ইকোপ পাংত কৈন চাখিবহ্ ।

লাকপি : থিরগ ফংদোব কেঙোইচুন নঙবু কৈগি খ য়াংত তাহল্লবদি করি কাম্নদৌরি ।

লীলা : মীয়মগি ফনব পোংপু ফংলবদি ঐ অম মাংজব লৌবুক্কী থরোই অহাম্ব কায়গুম্বনি ।

লাকপি : ঐগি ইচান থরোই অহাম্ব ওন কায়ব ! ঐ মাংজরে ঐ মাংজরে । ( ঙাওন চংখি )

লাকপ : কায়বু কায়দ্রবদি থরোইন মী-চিকপ শরু ফংই হায়ন-বনিকো । ঙাইখোনহৈ, মাংব য়াদেনে থরোই-মা নঙদি । (তাম্নখি)

(মথন্দ ঙায়রে লীলা, ইশিং থর ইমুংদৈ লৌরুরগ থকই । ঙাহৌ ঙাহৌ চংলম্বদৈ—

লীলা : হুজিক ফাওব হল্লক্রনহৈ, নিপা হায়ব জাংসিন নুপী ঐখোয়বু উশিংতবসি তোকপ য়াদ্রবভাংলনে ! নুপীদি নিপান পাম্মি মক্কুব শ্রদ্ধা, ভক্তি, সেবা, নিপা মখোয়দি নুপা ঐখোয়নদি করিগি পাম্মোই অরূব শাজং, ফজ্রব পুকচেল, অশেংব নুংশিব ?

(কাওবি লাকই ভাওরি ফৈরি. মথুংতা পায়রকই ওরেঙ্গ স্কাস লিক্লী অম, ফুরিংখাওদ পাউদর য়োম্ব চে ।)

কাও : হল্লক্রসনু খওনি স্নুক থেংলব ফাওব, নুপী নখোয়বু পর্দা মনুংদ থম্বদি ফত্তব নত্তে ।

লীলা : মহুই হায়রুরবদি নিপাদি কুরাও হংদ তারে ।

কাওব : নুপীদি নুপান কনবনে খুহ্নপ মরী শেংপি.

লীলা : নুপীসু হুজিক্তি শান্নী অশাংব শেংলে, নিপাবু অকনব শাহনবদি থবক অরাব শূহন্নবনে । মথন্নাই য়াওন নুপীন নোম্মগে হায়ন নোম্মবদি নিপান মতুং ইন ভম্পোং নত্তে ।

কাওব : নিপা হায়সিদি তরাগি মপুনে, য়াম্মগ লেমব । নুপীগিদি অমদৈ হেন্দ্রগ সতী, য়ামদ্রগ লেমনব ।

লীলা : মহ পওলিতৈ রানি । শিঙব হেক্সংনব, পুন্সিসি পেন্ন মহাও তংনব ঐদি নিপা ৫ অম ৬ অমদ য়ুম নায়গে খল্লি ।

কাওব : ঐগি নুপিদি মমঙ অনী ভুহল্লোই, অমদৈ হেনগে তৌরকপদ থোক হাংতোকনি ।

লীলা : ঐন নঙবু মতম খর ইপুরোয়বঁ ওইন চাং য়েংলিবসি নঙন হাৎপিনবদ তারে হিংচাব? ঐবু য়াম্ম নুংশিগদব মান খল্লুবনে, হিংচাব শাদো ওইরবদি খায়নরদি।

কাওব : ঐঙোইন্দ নথরাই পুরগ নয়ূন্দ কনাখব য়ারোই।

লীলা : করিগি মীহাৎপা? করিগি?

কাওব : মরমদি ঐ নঙবু য়াম্ম নুংশি, মী অহৌভন মঙবু নুংশিব ঐ য়েংব ঙম্মোই। ঐগি ওইরিঙৈ, মীখুং চান্দ্রাঙৈ হাংত্তোকহৌনি। কয়েং মপোক্কম্মু ঐন লৌনি নঙবুদি।

লীলা : কাওমচা থাদৈব নঙ, য়াম্ম চাউখৎত্রব নহানি। ওন্থোক্লু তনখ্রেদ সত্য, নুংশিমনবদৈ মীগি ওইখিনি কল্লকপাগি নুপীবু হাংতোক্কনি হায়বসিবু অঙকপ রাখল নত্রাও?

কাওব : ঙকপ ফনব মরম তাকপিগে ঈশিং খর খর হাপ গ্লাস অনী পুরকউ ওরেঞ্জ স্কাস থকমিন্নসি।

লীলা ঈমুং চংথি জবেং জবেং ঙাং কাওবন ফুরিংআওদ কু হাপচিন্নব শেম শালৈ।

লীলা : লাপ্পরিঙৈ নুংশিনরবনি হায়রক্তুন লৌন লৈনক্ক মক্কক্কুদগ হিংচাব ওইরম্ব অঙকপনিহৈ লানগল্লব তাইবং মী!
(ঈশিং খর খর হাপ গ্লাস অনি পুরকই)

কাওব : করিমত ঙকউনু, নুংশিমনবদৈ থম্ব থোইবী শিমিন্নখিবনি, রোমিও জুলিয়েটস্মু মশা মশাবু হাৎচ হিংচাব ঙমখিবহু নুংশিমনবদৈ। ওথেল্লোন দেসদেমোনা হাৎখিবহু

মুংশিমনবদৈ লাল্লে হায়ব থঙলব মহমদ মশামকপু হাংতোকপ ওমখি মুংশি মশুংলাংগি।

(ওরেঞ্জ স্কাস হৈহ খর খর, লীলান উদ্রিঙৈদ মাগি গ্লাসত, পাউদর খর চেদৈ হৈখি।)

লীলা : ইস : ঐ ওস্থোকপ অরানবং থবক তৌরুরে। কাওবি ভায় নঙবু ঐন চাংয়েংগি ইপুরোইব ওইন খল্লুবসি ইস্থোক্লা অরানব বাখল ওইরম্মে। (চিন্তাদ লৈ)

কাও : করিমত লাদ্দে, নঙবু খাইদৈ হেম মুংশিব মিপানি।

লীলা : হিংচাব ওয়রম্মিহুদি—?

কাও : মহুদি হৌনবনি, কাহেম মুংশিবশিংদ—

লীলা : হং! ঐ নঙোন্দ লৈব ওম্মরোই, ইমানি খাইনরসি।

কাও : থা তরুক য়ামত্রবদ শুদ্রিমথৈ ইমামী খায়নব য়াদে— হায়নখি মতুং ইম। (থকই)

লীলা : হিংচাবনি হায়ব থঙলবকাও কৈদৌবৈ থা তরুক শুনব ওায়দৌরিব?

কাও : থা তরুকসি মমুংদ নঙবু হাংহৌব ওম্মবদি ঐদগি ওইরম্মগ নঙ শিত্রেদন। থকউনে?

লীলা : নঙগি নাপলহুগিদমক ঐহাক শিদোকপ! (থকই)

কাও : শিদৌবনি সত্তী ওইন, নিপা য়াম্ব চোপ্প হিংদৌশরুক।

লীলা : ঐ শিব ওম্মোই নিপা অমত্তগি ওই। খায়নরে নঙগ ঐগ ওসিদৈ, চৎত্রো কাওমচা মাপঙাউ।

(অমুক থকই লীলা, লোইন থকই)

কাও : ফরে খায়নরসি লীলাবতী, মুংশিবী, বিদায়। হয়েং মপোক্ত অমুক লৌন লৈনসিকো, মতম কুইন লাই-গুরুগি সেবা তৌ। ঐ সিদ কুইন লৈব ফদ্রে, লাপ্ত চেনখ্রগে, (মফি মরোল খর য়োম্মই) মীন ঐবু চিংনখিনি। মুংশিদকো পাম্মইদকো লীলা ইবেম্মা নপা লৈতন ফজবি ঐগি কুইদব নাপল হৈভে।

লীলা : ঙজিক ঐন থকখিব গ্লাপভুদ নঙন হূ হাপখিব্রাও ?

কাও : পোটাসিয়ম সাইয়েনাইদ— ঙিৎভং য়াওগ্রে নঙ কুইরবোই নকোক ঙাওব্রাও ?

লীলা : হোয়েন ঐ কৈনো অম তৌইনে। (ঙাওশিন্নৈ) অয়ো ইমা! লম হেল্লুবগি বারক বাতেম ফংলে ইমা! নচাবু ঙাকপিয়ু।

কাও : ঐ চংলে লীলা! নঙন রাব ঐ য়েংনীংদে। মীহাৎপ ঐ চেনখ্রগে। কাওবিন হূ পীজরে। মান মুংশিজবি লীলাবতীদ, মীহাৎপ কাওবি খঙনজাউ চেনখ্রে। কাগোয়া কনা কনানো ?

(কপ লাওরগ চৎখ্রে লীলান ঙক য়েং লৈহৌই থৌব লাকই ফিংলপ)

থৌব, কৈদোরে লীলা করিগিনো লাংখিব লাওনখিব ?

লীলা : ঐবু হূ পীজহুন হাৎলম্মগ কাওবি চেনখ্রে। ইমানী খায়নরে হায়রম্মগ।

থৌব : কদায় হূদে। নঙদি কৈম্নু তৌব্রাও ?

লীলা : লীক্লীদ হাপ্লম্ব ও:রেঞ্জ স্কাসকা ঐন থকপ্রে, মান চেনপ্রে ঐবু শিরনি তাক্লম।

থৌব : হ্ নত্তে, ঐন পাঁখিব সো দিবাকাবনি। সাইয়েনাইদ পাঁয়ু নঙবু হাং:কে হায়রাম্ম।

লীলা : ঐবু মান হাংনিংলিবদি করিগিনি হায় ?

থৌব : মমিং চুম:দে, কৈফজাঙদ নবুক য়া:ই হায়। মহাক্তি নঙ শিরনি খন চেনথ্রবজাংনি।

লীলা : তাইবং মী মাঁগী মনুংশি অঙকপ হায়হুনি। মাদি ঐবু মুংশিমন্দুন মাগিদ ওইনব হাংনীংলম্ব শেংলে। অঙকপ পুকচেল !

থৌব : খঙনদব হায়বসি কয়াদ লুপ্তবা:না ? নঙনা মাবু অকব নিপা মুংশিহৈবনি হায়হুন চাংয়েংগিদমক শাথি মাঙ ওইন খল্লুব শা'য় অক্লগদি মাদি মাগিদ য়েংব হিংচাব ওইরম্মে। ঙক্রদ্রাও তাইবঙ মাঁগি পুকচেল !

লীলা : ঙাইখো চা থকখিসি, থরাই থাহন্দবগি।

থৌব : থেঙক য়ু, খঙদে, মীহাংপহ্ কদায়দ লোংলমদগে ? কৈফজাও মরাইবক কৈদ !

লীলা : থা মডা লেমলি কৈফ্ঙাওগি তারিখ লাক্তিন্নৈঃ তা:থোববু মাঙ্গগি এক্টিং পুবিনীংব্রাও ?

থৌব : ঐবু য়াগদ্রাও সনা ইবেম্মা ? (মশাল উংলি)

( হা হা হা .... ... নোকখিনৈ )

# চায়েং মাঙ্গ

২/২

থাঙ্গচিং, লোতাক মপান লায়র থাংপোক তমন, অয়ুক মোড়া ঃদা ঙবোং তম ইন খন্নু শম্মা কক্ত্র ৎক ফাম্ম। মনাক্ত অমুক ফম অমুক লেপ ফাল অমদ চৈস্রা কেরপ শেং-চা য়ায়ী তৌরি।

খুন্নু : য়া কোইথোক্লন্নু, নঙন পাম্বদো মচং ঙাক্তা হায়রো। নত্রগ কাওমচা নঙন য়োক থম্মি হায়রিবদো হৌদোরকউ মাগ ঙাংনগে?

চৈস্রা : ঙরাং মহাক থেঙন তুমখি, মকোক্তু খর বেরা লৈরে। হৌদোক্লীংদ্রি পূং ৯ তারগ হৌদোকপিগে। এন ঐখোয় ঐগাদ্দে পামজরিবসি শাথীব অয়ানব অম তৌক্লবে প্রায়শ্চিৎ অমত্তং তৌবিয়ু হায়বনে।

খুন্নু : ঐবু বেদ শাস্ত্র হৈব ব্রাহ্মন ওইরবোই নিংত্রাও ইংলিস স্কুলগি ছাত্রনে বি, এ, ফেল।

চৈ : হৈত্রবস্নু হৈব মালহন পূজা তৌব, মন্ত্র খর শোঙ্জিন্নব মাবু খর খাজহল্লগ লোইরে, মবুক্লিং নুংঙাইতব ফনব।

খুন্নু : মাবু কয়া য়াম্ম শাথীব পাপ লংজক্লরবগে?

চৈ : থাইন পরশুরাম্ম মমা হাংলুরগ পাপ কোক্লব করি

করি তীর্থদনো চংলুই হ য়গুম ত্তৌবদায় ।

খুন্নু : পরশুরাম কুণ্ডা পুম্বুরগ কোকপ য়াই, মহুদি আসাম লোমদ লৈরম্মি ।

চৈ : লোক্তাকি মশা অমবু পরশুরাম কুণ্ড ওইহনব য়ারে ই-দ্রাও ? অহুগ অতৈ মতৌ মান্ন থরগ, লীলাদ ত্তৌবগুম

খুন্নু : অহুবুদি হুনিয়াসি লীলা ঙাক্রনি, করম্ব অঙম অতৌ, করম্ব মাইব, পাঙ্জি, ইঞ্জিনিয়ার ব্রাহ্মন মথৌ মথৌ চুম্ন ফজন তৌনবগে ?

ফরে নংগি সন্নাও মচাহুই, ঙাইখো কাওমচা থীদৈ-বহুবু, লীলাবতীদৈ নঙন লৈরগ লোইজব তারবাও ? হুরাওবিগে হায়বনি ।

চৈ : ঙরাংদৈ ঐগি ওইরে, মহাক লীলাগ থায়নরম্মে ।

খুন্নু : আই সি !

(মন্নুংদৈ কাওবি ঙাওরি ঙাওরি হৌগংলক থোরকই ।)

কাওবি : ঐবু অমুক্ত কনবিয়ো, ঐবু ফাগে লাক্লে অশিলৈবাক্তগি ময়া শিংজং মমীং য়েক্লম ময়াম্ন, শক্ল মপুন শক্লমপুম শাব মোংভমদৈ লাম্মী ঙাক্তন ঐবু কোয়শিল্লে । থোঙসি লোনশিল্লো মখোয়হু থোরকহনগনো ।

চৈত্রা + খুন্নুন মাবু ফারগ ফক্তা হিপহল্লি ।

চৈ : ঐগ্যা ভূত প্রেত ময়াম ইমুংদ লৈরে হায়রে অমুক্ত মন্ত্র শোনহুন ভাম্বোকপিয়ু

খুন্নু : ঐ ভাম্বোক্কে, নিংথিন ফম লৈয়ু

হরে রাম, হনুমান খাবরকউ ভূতপ্রেতশিংবু, তান্তোক-হনবিয়ু, হরে কৃষ্ণ ইবুংঙো ননাই গরুড় থাবিরকউ ভায়া ক ওবিগি মনাক্তু নেদুরিরিটি মেজর !

চেনখ্রে মনিংথে দ লোইন করিনত্তা কিগনু। মমাং-থোংদ হনুমান হারকুলিসনা ভাকলে, মনাংথোংদ গরুড় অমদি ফেনতোমনা শেন্নরি।

কাওবি : ঐগ্যা শর্মা, ঐবু অপুক্তদি থাজব হাংপ হায়ব পাপ্তুদ কে কুব গৌরাং পূজা-হজা খর থোৌবিয়ুব— ঐবু নুংশা হোনব ঙুংঙ ইত্রে, অহিং ভূস্বদ মঙাকুব লাইন য়ান্ন তান্নরে। অরেঙ্গগি ঐ—

খুন্নু : ঐন তৌবিনি লোইন ফহন্নি। য়েংও চৈত্রা, নঙ পোংচৈ শর লাংউ : য়েকুম ৭ খয়োম লাকুব সলাই তরেংকি, ফিরান মচু মচুগি ৭, খোইকু থাংমৈ ৭। সন মচু তরেংকি মথি থিবোংতৈ চখোম অমমদং, মকু কোকথোকুগ তৈবিনব। উপাল ৭ তৈ উশা অকংব ৭ যজ্ঞগি মৈ হৌনব মতুদ তারকপ মৈতাল ডংন মশা-পূম্ব মুশিল মুনব তৈগদবনি।

কাওবি : ইকু কোকুগ সষ্টী তৈব ! কোকসম্নু কয়া কুইন উৎ মৈতাল তৈহুন লৈগদগে ?

খুন্নু : কুইরোই, অয়ুক অমগ নুংথিল অমতগনি।

চৈত্রা : কদায়দ চামথোকপ ইকুজহনব ঐগ্যা ?

খুন্নু : মমা হাংলুবগি পাপ কোকপ পরশুরাম কুণ্ডদা লুপ্পুব

তারে নুপী হাংলুবিন।

চৈ : আমাম তান চংতারে অহৃদে?

খুনু : শিবসাগরগুম্ন সঙ্গমগুম্নদ লুপ্পগি মঙ্গং থে ইবীন অহৃঙ ইন চিংলম্ব থমংখোংদ ৭লক লুপ্পগ থাদোকপ য়ানি।

চৈ : নিপা হাংলুব ওইরবদি? কদায়দ লুপ্প তারে ঐগা?

খুনু : মপা মপু হাংপ ইম্ফালগি অচৌ অশাং অঙম অথৌ পুন্নমকন লুপনব ইম্ফাল তুরেল মহাবলি য়োংয়াম হিদেঙ্গ লুপ্প্ব তারে।

চৈ : কদায়দ করম্বদ লুপ্পন ফদগে তামো?

কাও : খোইবীন ইন চিংলম্ব থমংখোংদ লুপচগে।

খুনু : য়াম্ন ফরে। ইক্ল মাইথঙ্গব লোই কারক্লগ ঙানপ্পা শারেংলা অম থোং চাক চানব তারে ঐখোয়হুম নুংদাংদ।

চৈ : অয়ুক নুংথিলদি চরা হেনব তারেনে? য়েঙ্গাংগিদি শরেং খোংব অম ঙানপ অতেকপ অম হৈকক য়েম্লি ইরোনব অমগ—

(খৌব অমদি কৈজাও পুলিশ ইউনিফোর্মদা ওফিসার শা, মতুংদ লাকপ লাকপি ফিংলপ ইম্নরকই।)

পুলিশ ২মক : খবরদার, অমত্ত চেনব য়াদে

চৈ : কব্নিগিনো? কনাবু থিবিবগে পুলিশ সাহেবশিং?

(চৈশ্রা, খুনু অমদি কাওমচা মখুং থাঙ্গং লৈ।)

কৈ—পু : মরাল লৈব মী কাব লাকপনি।

লাকপি : চুম্নগি মরালম্নু নত্তে নুপী অঙাংদ মথৌন উৎপ রাইনব

কনব কাওমচা হায়ব মীহাৎপ অাসি ক্ষাবিয়ু সার।

চৈস্রা : মীহাৎপ হায়বদে !

থৌ-পু : নহাক চৈস্রা হায়বি পুলিস কনস্তেবলদু নগ্রাও ?

( চৈস্রা সলাম তৌই )

চৈস্রা : মানি সার।

থৌ-পু : পুলিশ নঙন করিগিনা মরাল লৈব ঙাকু কাওমচাবু চংক্ষম পীরগ নয়ুমদ লোৎলম্মিব ?

চৈস্রা : পুলিশ ওইরবস্তু সার, লৈশাবী অমনিন নহা পাথঙ অমবু ইথরাইন তারবদি য়ুমদ য়োকপ য়াই সার।

ফৈ-পু : নঙন কন নথরাই ভান য়োকচরম্মবস্তু মরাল লৈব মীবুদি আইন ক্ষাদব য়াদে।

( কাওবু মখুৎ পুন্নি )

লাকপ : ইবুংঙো, মুশীল খোইদাব শক্তহেনব !

নাবু কাওমচা হায়ব ঐগি ইচানুপী লীলাবতীবু লাকচনখিব পুংগরাগু নগ্রাও ?

কাও : মানি ইমান ইবুংঙো।

লাকপা : ঐগি ইচাদু কনাদ য়োম্থোক্লম্মে ? পীরো হুজিকমক ?

লাকপি : নুপা কয়াদ য়োম্থোক্লম্মগে ? নত্রগা নঙন চা-ীংঙাই লৈতদুন হাৎতুন মশাদু চাথোকগ্রব্রা ? কদায় পীরো ? হুজিকমক, নত্রবদি নঙবুস্তু ঐন হুজিক থানাগি মমাংসিদ নউন খোক্লগ খোংউপ তুননি থঙু।

কাও : মমীৎ চুমদে হায়দুন নচা নুপীদু ইনে, ঐগ থায়নজগ্রে।

লাকপি : করম্ব মেজিস্ট্রেটকি মমাংদ খায়নখি ? কৈরোই লৈকাই সাক্ষী লৈত্রাও ? কনা কনা খঙহৌই ?

কাও : মহুদি মাঙান্দ হংবিয়ু, মণাক্ত ঐবু খায়নবিরকপনি।

লাকপ : কয়াদ মচিন পৈশ্রব নিঙোল মরানোনে সে ! য়েংবিয়ু সারুশিং, ইকোপ পাক্তৈ কারকপ কাওমচাগি মচি অপৈবসি থানাগি উপুদ মৈ ঈক্লগ চুমহন্দব য়াদ্রবনি। নুপী অঙাংদ রাইব কনব লমশল অসিবু ফানব নেক-চরকপ অমুদোনস্নু নোংয়াইস্নু সার অনীমক্ত চেনখিদনব শেন্নবিয়ু। নুপী, মমা শাবি নঙন শেল য়াম্ন। তিংন রাইরকপ মেজিষ্টেটতু কৌক্ত, খুদক অসিদ মকম অসিমক্ত মীহাৎপসিবু ফাঁসী তৌনব ওর্দার পীহনগে।

লাকপী : নঙ চেন্নমগনু নুপী হাৎপ অথৌব, লাকপী ঐগি ইরলন নঙবু কয়া থীন লাক্তব ওস্বাগ হান্নবহু ঙসি খঙহনগে।

(ফন্দুন চৎখি)

খুমু : রাদি রাক্নৌবিব য়াদে কাক, কোর্টাক মেজিস্ট্রেটপু মফমসিদ লাকপিয়ু হায়হুন নেকপ য়াত্রান ?

লাকপ : ঐবো মেজিস্ট্রেট হায়বসি মীন শাবনে। মী অয়াম্ব মতিকচান অরামন পীরগ নেকপ য়ানবদ কোর্টত করিগি নেকপ য়ারোই ? নত্তে, কোর্টপু মেজিস্ট্রেটপু উশিং থৌওইদবগি রা নচ্চদে। মীদি লাইমক নত্তবনিন য়েঙ্গাং অহাওব চাব পাম্মি, কিরোল অকব শেৎপ

ইনব পান্মি, প্মমক শেলন লৈব কংব ঙাক্কি।

খুমু : হোই কাকা অহুবুদি, জজ ওইব বিচারপতি ওইব কয়াস্ন কা মতপ অমন চীন পৈনৈ হায়ব ভায়।

(তুম্বাকোক মাং থা মেজিস্ত্রেট কুরেসি, লাকপি, অমদি উকীল শাবি লীলা মশকলোং লাকই)

তুম্বা : মেজিস্ত্রেট লেংলক্লে, কোর্ট্তি য়াওরক্তে এজলাস অমত্ত পুথোকপিরকউ।

(চৈস্রান চৌক্তি অম থায়। ময়াম্ন সলাম তৌব য়াও, নমস্তে তৌব য়াও)

কুরেসি : কন্নি য়াখোক্কিনো তাধন ঐবু থাঙ্গদ কৌথবিরিবা? বিচার ওইন আইনগি মতুং ইন তৌবদি য়াদ্রে, কৈনো য়ায়েন তৌগেকো?

লাকপ : ইকাইখুম্নরব মেজিস্ত্রেট সাহেব, কাওনচা হায়ব ডাকুশিন ইচানুপী পিশক্ন চেন পুবিগ্রগ মাংহনদ্রে।

লাকপি : মবুক হোগায়দ্রন য়েংবিয়ু য়োর অনর, মান চাথে কদ্রে হায়নৈ। ইবেম্মা উকীল ইন্দানগি কেশাস অমুক্কা নিংথিন?

লীলা-উকীল : য়ের ওনর! মচা মাংখিহন ঙাওরবী সনবীসিগি মচী শা লমহেনব কাওমচাসিদ অমুক্ক য়াইজগে?

কুরে : য়ানি শমন চথসি।

লীলা : কাওমচা নঙন মীগি মচানুপী লীলাবতীবু চেনগ্রগ কদায়দ লংথোকউরে?

কাও : ঐন লংথোক্লম্ব নত্তে, মান ঐবু খায়নবি লংথোক-
পিরকপনি ।

লীলা : সাক্ষী প্রমান পীব ঙমগদ্রা ?

কাও : ইমানী খায়নব শেৎনববু সাক্ষী কৈদৌগবনো হায়দুন
থংজহৌদ্রে ।

লীলা : খায়নবসি নশান য়ারেকো ? চেসিদ সহি অমত্ত তৌ ।
( তৌহল্লি ) নঙন মাবু হাৎলম্ব্রা ? হাংকে লাক্লম্ব্রা ?

কাও : (খুমদে মমাই লুকথ লৈ)

লীলা মীনদি নঙন হাৎলম্মে, নত্রগ হাংকে হোৎনরম্মে হায়নৈ ।
অশেংব খুম্মু । নঙবু নয়োল থোক্রও ? সাইন্সকি
লেবোরেটারীদৈ লীনগি হু হূরাল্লগ নঙন মুংশিজব
মুপীদুদ পীজৈ নন্ত্রগ পীজগে তৌই হায়বসি অচুম্বা
নত্রাও ? নঙবু শারাও মীরাও ? মুংশব খঙদব
হিংচাব হায়দুরাও ?

কাও : (পুলিশন থাদোকই ঙাওব মায় ঙাং ) নত্তে নত্তে
এদভোকেট ইবেম্মা ঐহাক মুংশিব খঙদব হিংচাব নত্তে ।
ওইব য়াই ঐগি ইয়াল । মুংশিমকদৈ থম্বজাউব ।
তাবিয়ু মামস্তু ইনেস্তু, খুড়া মেজিস্ট্রেট অমদি মুংশিরব
মঙ্গপ মপাং পূম্ব । ঐন লীলাবতীবু মুংশিজবদি,
থোকইব মুমিৎসিন সাক্ষি, অহাংব অভিয়াগুম ঙমখৈ
নাইদে । রোমিও জুলিয়েটন মুংশিনখিবহ্ ঐঙাদ্দ
হেল্লোই, নত্তে, তেংন মুংশিজপ্রবন হায়জারব ।

দেসদেমোনাবু অতুঙৈ মীম ওথেংলোন মুংশিংখিবগীনসু ঐঙোন্দ হেনব ঙম্মোই, মাঙনবদি য়াই, মরূমদি মরূ ল লৈত্তন দেসদেমোনাবু হাংলুরে খঙলব কান্দ ওথেংল্লে ন মথন্দবু চুরীন থিন্দং মুংশিবী মাগি লমন খুম্নব হাৎ-তোকখি। ঐস্মু মতু ঙম্মি, (চুরী পথোক থিংঙিনব শেম শাই, চৈস্রান ফাই, অতৈস্মু মতেং পাং চুরী মুল্লি) সাখী ওইবিহৌ লেংলি পাল্লিব, অহিংব শা উচেক মী পৃয়মক ঐ হিংচাবদু হাংতোক্কে য়েংবিয়ু কদ য় ঐগি চুরি।

চৈস্রা : য়োর অনর, ঙসিগি কেশ অসি য়ৈথোকপিয়ু ঐগি নিপা কাওমচা হায়বসি ঙরাং অহিংদৈ মঙলাক্কুব্রা, হিদাক চারুব্রা করিনো খোঙ্গুন ইতা তাদে। চয়ে ন অমত্তং ঙাক্রবু লাইয়েংহঞ্জখিগে জামিন্দ থাবিয়ু! থানাদা নত্রা কোর্টতা নুমিং ৭ নাগি মতুংদ পুখৎচরক্কে।

কুরেসি : চুস্মি মীরেল খর রাংন উই। চয়োল অমৈ মতুংদ পুখৎলকউ। জামিন য়ারে। ময়াম কায়নরসি। (চৎনখি ময়াম, ঙক্কুন লৈ কাও অঙাওবগুম মমীৎ লংখৎ)

লীলা : চৈস্রা, নংগি নিপা হায়খিগুম তৌই, নখোয়নী কৈদৌ-ঙৈদৈ ?

চৈস্রা : ঙরাং মুংদাং চেলহোং হোংগ্রে, বাত্তৌনকা তৌরকপ নংখিদ্রে রারোম্নু।

লীলা : মতম কুইন পানমিন্নোকো। অহ্নগ তে.বদদি মুংশি লীপুন হায়বসে মল্লব পৈয়া শুম চাবন পুনবগুস্বনে তংকনথ্রবা, বাই বাই! (মথুং হায়:ন )

কাও : হৈ কনানো ? লীলাবতীয়াসিবো ? ঙ ইখো লীলা! (মনাক চংই)

লীলা : করিনো ? কাওমচা নঙ ঐভ:ন্দ কৌরক্কনু।

কাও : নঙ শিদেদন নমীং য়াম্বি ?

(লীলান মথজাইদ খুবাক্ক থারম্মগ চংখি, তঙক তঙক কাওমচা লেপ লৈহৌই। চৈশ্রান চেন্সিন মথজাইন্থদ নানবি।)

লোইরব

# থাজবন লাৈন্নে

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ঙারুংব | (থমংখোং লাকপ) | অহন— ৬০ |
| ২। | ইঞ্জিংবি | নুপী | ৪২ |
| ৩। | শারুংব | পাখঙ মচা | ২৫ |
| ৪। | ঙাংমেমা | ঙারুংবৈ মচানুপী | ২০ |
| ৫। | ইধর-উধর | | |
| ৬। | বেঙ | | |
| ৭। | হিন্দ | | |
| ৮। | মিস নেমলেস | | ১৮ |

**Stage plan :—**




**E = Entry Exit** **D = Door**
**R = Resting place** **S = Stool**
**P = Platform** **B = Boat**
**C = Cave** **F = Ferry Stand**

# থাজবন লাইন্নে

(১বা শরুক)

মতম নোং ঙাল্লমদাই, P দ কাঙথন সেগায়ব খন ঙাকুংব না:থোকই। ক ঙন চিচ মীংকপ থোকই, হাক্তব হে ংলি। ফাল অমদ থাল্লিব পে:দোন থাউমৈহু লৌশিন কাঙন মনুংদৈ কাঙ ভোইহাক ফায়। মতুংদ ইহাই হ ইদো:কপ কাম্বন্দৈ কাঙ তেঙ্গোল অম বেন্দ পান্টি থোঙ পাইশিল্লকই। পোদোম্ন কান্নরোই রাখল তৌ হৌগংলি তপ্ন, কাম্বল মনুঙদ কাঙ ময়াম হোইজিল্লি, থ জিল্লি মপান্দৈ পোদোম্ন অমদি উতুপ্ন।

ঙাকুংব : হৈ কনানো? কাঙ-লা? (শেং থা) অয়ো! (ফম্মি) খঙনী, ঈ হুরানবশা! (হৌগংলগ পোদোন লৌরু) প্লেন্দ কাপ্ন নোংমৈন কাপথগে লৈমায়দ। (কাম্বন মনুঙদ খর ফায়, বেন্দ খোং থোমজিল্লকই) ইস! পল্টন অমা কাপথুরিঙৈ ফৌজ অম থোমজিল্লকইনা। ফৈ, ফৈ! (মপান্দ থোকই, কাম্বল হাইদোক, কাঙ হোইজিল্লী কাম্বন মনুঙদ)

থৌজিল্লু অথৌবশা নজাতিগিদমক, নখরায় হিংনবইদমক অঙম্ব পাম্বৈন ঈ চুপ্ন তায়।

(কাম্বন মরী লৌথ, তপন নমথৈ খুং ছুম্ব, লোংউপ তানবগুম)

ঙারুংব : ইথ্রায় হিংনব ঐস্সু কৌমুদি গদা খঙদে, এত্তে ম বোম খঙদে শিঙ্জিন্নব ত্তাই। লায়না কয়া শন্দোকপ কাঙ নখোয়ন কাম্বন ত্তাঙহল্লি, কাঞ্জন ত্তাংবন্দ, ফি ত্তাঙহল্লি, চাক ত্তাংহল্লি, হুরান চিঙ্গী কলহল্লি, সেঙ্গা থুমজা ব্লেক মার্কেট অদুগী অমোংপ পুন্নমক! নৈনায় নত্রগ ব্রাকোক অম পায়রগ) নত্তিক চাব নরান খঙহল্লে হুজিক্তি করি খুম্বিংঙাই নৈ? খুমদ্রেকো. অদুদি (বাক বাক থারগ হাংলি, কারাটি নত্রগ মল মত্তৌ উং কাম্বলস্নু তাশিল্লি। মোন থাঙনরগ মথক্ত ভূম্মি,)

(ভূমদ্রিঙৈদ) ঙসি কয়াদ নুংঙাইগ্রব নুমিৎনো! ভুঙ্গ য়াহন্দব মীগি ঈ চপ্প য়েক্লববু লম্মন খুঙ্গ নুমিৎনি। লানঙম নুমিৎ অসি কাওদনব মত্তিকচাব করি থৌরম পাঙব ত্তাই? (ঙাইহাক খল্লগ) অসিবশিংসিবু মোন খাঙন ঙাইহাক ভূম্ব (ভূমখি)।

[ঈশিংদ ঈরোইহুন লাকই : ইধর-উধর, মিষ্টর বেঙ্ক অমদি ডোক্তর হিন্দ। P গি অরোইবদ্র যন্ত্র থারগ য়েংবদ করিগুম্ব খর নৈবগি হঙ্গিং তৌনৈ, অহুমহু মঙক নোমনৈ। ইধর-উধর মমাইদ ব্রাউন, বেঙ অমদি হিন্দ অনীগি খজাই নাকল অনীমক হামুক্ল ইমু মুই। ইধর-উধরন ঈশিং শুমদোক S তা কাখৎলগ ফম্মি ব্রান. বেঙ অমদি হিন্দ S কি মরুমদ লোৎভুন নৈ]

ইধর : ও : অহল, থমংখোং লাকপ ! নোং ঙাপলে।

ঙারুংব : (মমিৎ নোই হৌগৎ, বোইয়ে) নোং ঙানবগ উচেক মচাশিংন মবুক নাম চেৎ চেৎ খোঙই, ঈশিং মরক্ত ঙস্তান করি হুনীং, নত্তে হুদ্রবস্থু হায়রিব, ঈরোই-রকপগে ইধর-উধরবো ? কনা কনানো ঈতিংইব অনীহুমদে ? (মনাক্ত চংই)

ইধর : ঐগ লোয়নরকপনী ঙা কাব য়াওগে হোঙন লৈভম পীমু হায়জব লাকপনী। কাখৎলকউ।

ঙারুং : লাউ কাখৎলকউ। (ঈশিং শুমংলোকই) নশা নশাদ করি লোৎলি য়েংহল্লু। (অহুমহু পরেং লেপ্লগ মখুং থাঙ্গৎ "হরিবোল, হরিবোল !" লাউই। মশা মকি মরোল চেক তোরগ য়েংই। ইধর উপরগি ফুরিৎ-খাউদ নোটবুক অমি কংই, কাক্তোক্লগ পরেং অম পাহনবদ]

ইধর : হুব মুনব খঙদে, করিগুম্ব পাম্বেন লৌশিনব কাম্নে।

ঙারুংব : মসি ঐন মুল্লে, নঙ কান্নজো। (ঙক লৈংহৌই। ডাক্তরদ) করিনো নঙ ফুরিংখাউদসে ? (পায়রগ)

কিন্দ : ঙা কাপ্নব নোংমৈ হীদাক্নি !

ঙারুং : সে নঙ লৌজো কান্নজো। ঐগী থমংথোংসিদদি কাপ্প য়াদে। হিংন কাগদব ঙারাই য়াওরি। চৎলু হি মচাসিদ তোংউ চৎলু। (চৎখি) নঙপিসাদ করি য়াওরি ? (থেঙদ)

বেঙ : চাক লামগনবা চাকথাউ য়াওরি। (হবুক উংলী)

ঙা : মহু পাংদে নত্তগী অহম ওইজৌ। হিং মনাক্তা হৈরক্ত চৎলু। ইশ্বর উধরবু কৈদৌবা লাকপনো?

ইশ্বর : অনৌবাস য়োনবা লাকপনা, ঈশিংদা লুপ্লা, ঙা ফাবা হৈবনী, হোঙন লৈহো।

ঙাকুং : মমাঙ য়ুই, মতুং চাওই, মমিং চুমদে হৈননীংদে।

ইশ্বর : কেম্ম লোইহোরো কান্ননী।

ঙা : থাংদ্রে।

ই : পোং শাঙ্গলবা মতমগে।

ঙা : মৌদি গোংঙ। মবুক পাল্লি তল্লি।

ই : ঙাদ পীজবা কান্নরাইব্রাও?

ঙা : ঙাগী চিঙ্গাক! মশাদ হংগে।

ই : হংবদি য়াদে।

ঙা : চৎলো কান্নদে নমথাক।

ই : নোটবুক পীরো।

ঙা : হাসপিটালদ পাখোল অমত্তং চৎলুগেরা?

ই : কৈদৌবা চৎলুদগে? তন্দ্রাও?

ঙা : নোং ঙাক্লিইঙ মচিন পানবা মবুক চাওবা অনৌ পুরগা পাংৎসিদ ছুয়ানবা লাকপদে ঐন থাদোকপীব, নপোং নরল মুনবিদবৈ মহুং।

ই : হাসপাটালদ করি থবক?

ঙা : ঐন ওরাং তাইবঙপানগী চাক কি তাংহনব, হূরান চিন্থী, শেঙ্গা থুমজা, অমোৎপ মরুম পুম্নমক কোকপ হিংচাবীহু হাংলে। শিরতুং লেনথি থর তৌহল্লু।

ই : করি কাম্নদোরিব ?

ঙা : হিংচাবীহু অমুক হিংলক্কনব, হিংলবস্থু মচা পোক্কনব করিয়ে তৌহনব তাব—অঙাংথাউথিং।

ই : কয়া বাং চাওখী ?

ঙা : পীকপ চাওবং অরাইবনী, ঈ অহিংব চুপ্প কনবনে শাথি-রিবদি।

ই : লাকপবু মখোয়ন শাওরিবদি করিগিনী হায়গে ? থমংথোংসিবু মখোয় মপা মপুগী স্বত্বনী হায়ব্রাও ?

ঙা : মপা মপুগী স্বত ওইরবস্থু ঐবু তাম্থোকপগী মথৌ লৈতে। ঐগীস্থু বারী পেনা তাজমনবে। তাইবঙপানগী য়াইকনব ফুংঙায়হনব ওস্ব ঙারাই কাদোরিবনে।

ই : ঙারাই কাদোরিব : থমংথোংসিদে ?

ঙা : অং। লাকও হৈদ থিনবিগে।

( হিদ তোংহল্লগ অহুমহু থিন্দোকথি )

[শারি ফজন শেৎলগ ইঙ্গিংবি থোরকই, বেগতগী মিংশেল য়েংই, হাপচিল্লি মমাই নাল্লগ, ৮দ কাখৎ ইন থাব মমাংঙৈগী বা নীংশিংই।]

ইঙ্গিংবী : নোংজুথা ওইরকপদ ঝম, ঝম, রা, রা, পুখ্রি, খোঙবান, পাং ভুরেল, ঈশিংন পুম্নং লম্পাক্ত কাও ইন চিংবদ

ঙাখাঁ ঙাচিং লোংথজিং কানরগ ঐগী ইন্দ ঙাক্রা. ঙমুস্সুম চাওবৈ অাংতু ক্রিত্রিং কিত্রিং, চোংনকপদ মীয়াম্ম কল্লক্ক য়েংনবহুদি সম্ভা, নীংদোলসি ছুং দাং ছুংদাং চোংই, চোংথোকখিদ্র কিজ খুৎন কেন তাম্ন ফবদ গোগা খোং তুংগাল মখুংদ হাপ চল্লগ ঙাক্রা ঙমুহুন তুমিন তেঙখিবহুদি লাইন থঙনী – তু চুংবমথৈ নুংঙায়, কপাগী শেংপ চাব নীংথুংদবশিংগী লালংহা খোল্লাও অমত্ত নাকোংদ চংবিদে।

নুংঙাইবনীদ নৈশাবী দবল ওইবিবৈ পাংত ইজ্জিংব !
(ইন শোল্লি ঙা লক্কে)

ঙা : (হি হোল্লক থুংলরে) নুংঙাইবহুনি তাইবঙন মীঙনরিব। নুংঙগী নুংঙাইব। মাবু নীংবদ মাবু ফংনব তাম্নবদ নুংঙাইহাল্লবহু লাইনী। ঙা লকপ্রা ইাজ্জবি ?

ইজ্জিং : কনান লাকচক্কগবনো চহি য়াম্মসিদ।

ঙাক্কং চহিন নবে খিজেংতুননি। থমংখাসিগী ঙা মচানদি কিনৱনি।

ইজ্জিং : ঙা মচা কাম্নদে, টাউইন্দ ঙাজাও ফাক্কগে থোরক্কবনি। (P দৈ কুমথে খর চংলগ) ঐবু থাম্বিনব কনামত্ত নৈত্রেক্কো।

ঙাক্কং : খাম্ময়োই, শাথিরব ফিভমগী মথাপোন নুংঙাইব ফংনব্রবা তাইবঙ মীন অয়াম্বনী। নীংখা তম্ব অপাম্ব থবক্কি চংপদ খ্বাইদৈ হিংনীংদব মীহু ঐ অমনী।

ইজিং : মীন হায়বদ ইন, মীগী সেবাদ ভৌরম্বী অমদ ননিং তমজরো, মুংঙায়জরো থাদোকপদ হৈনগম্র শংগোলদো ? ঐ সন সগোলদি নংঙকো !

ঙাক্লং : সন শংগোল নত্তবগী থংদ কইবনী। অরেপ্প মু'ঙায়-দোব খিরো ! চুমথাং মখোং থীগেরা, লংম্মৈ থানবি ফাগেরা, লাই নীংগেরা ..... নত্রগ ঐগ স্থুম ঙারাই ফানব হোৎনসির ? মঙম কুইন চংভৌব মুংঙাইব থীংয়া।

ইজিংবী : অংরপ্প, লেংদব মুংঙাইব, চীংজাউ পাৎচাউদ হংউব তায়। (খম্বরগ চৎখি)

(ঙাক্লংবন নিপা ইন পায়রগ P দা কাখং ছল্লি, চিংথংলি তম্ন করিমত লক্কে।)

ঙাক্লং : শেল কংনব থবক্ল নোম্ব, ঙা কানব ইন ছনব ঈশ্বর কংনব ধ্যান ভৌব, ফজব অনৌব খুৎশেম থোক্লব কলা সাহিত্যদ খুং থাব।

(ইন অমুক মাইকৈ অমদ ছল্লি চিংথংলি, ঙা অম ফাবৈ মতৌ, লৌথংলগ ছল্ল)

ঙা : ঙা অম লক্লে লৌশিল্লো, সে। পোইলা তারিখনি তলব কংলে চারসে থক্লসে ঙাওরসে! কয়া কুইন মুংঙাইদৌরি ? লাই অম য়েক্লে, শৈরেং অম ফোংলে, পেন্দে। অমুক য়েকপ তায়, অমুক ইব তায়, নত্রবদি পেন্দে হিংব মুংঙাইতে। হিংব হায়বসি থবক নোম্বনি,

নোম্ব তক্লিবসি শিনিংলিবনি। করিনো নোম্বদ মুং-
ঙাইব থবকপো ?

(শাক্লংব রাইফল পো শাদানব থোরকপদ)

শাক্লং: নোম্বদ মুংঙায়ব থব কু অপাম্ব শা ফানব ভানবনি।

ঙাক্লং: ভানবদু ফংলগ মুংঙাই লোইরেদা ?

শা: চাবস্থু রেবস্থু মু ঙাইব মচিঞ্জাক থাবপস্থু মুংঙাই পুদুন চংপস্থু মুংঙাই।

ঙা: পাম্নবদৈ পাক্কদুন য়াম্ন থায়নৈদা।

শা: থায়নপ্রগ অতোপ্প অমমুক ফাব তারে।

ঙা: ফাব থাদোক্লু ফাব থাদোক্লু, করি কান্নরি অঙাংন শান্নবগুম।

শা: শান্নব ওয়বসি মুংঙাই, মুংঙাইনব ফিংগে হায়রবদি শান্নব ভয়। শান্নদুন ফিংসে, ফিংদুন শান্নসে।

(চেংকন—হাইছুম চংথি D রোন্দ)

ঙা: (লাওথি, করগনব পোংন শান্নবদি কুইন মুংঙাইতবনে।

(ঙা মকু মানব, ফুরিং অকওপ, স্কট অঙোব লিং চেম্বোরকই ঙামেমা ফিংলপ)

ঙামেমা: করিনো কায়রিবো ? ফিরাও ?

ঙা. (ফিজেং লাকচেং উবদ মমীং উইশিন ঙক): পুন্সিগি হি কারগল্লি য়ুগল্লি, ভাইবঙ পানগি পোং পুম্ব কুইন চংতে, মশক ওনগললি।

ঙা: ঐখোয় হিবু য়ুরব্রাও ? কনান থুগাইরিবনো ?

ঙাকুং : খর খর য়ুরক্লে। ওইব য়াই নঙন, নবুংন নত্রগ নমান থুগাইব।

ঙামে : ঐদি থুগাইদেনা ?

ঙাকুং : পারোন পূরোন হাক্ত ক্তগি শিজিন্নরকইব হি, পুন্সিগি ফিজেৎ চাকচা, শাজৎ লিচৎ, চৎনরোল ইকাই মথুম্ন থাদোক্লরকইবসি পুন্সিগি হি য়ুরক্লব নত্রাও ?

ঙামে : ওহ :, অহ্ ওইরে। (ইকাইবন মমাই থুম ইমুংদ চেন-শিনথি, ঙবোং ইন্নুই, মমাই ফনেক অমনব জোন জোন শেৎলুই )

ঙাকুং : মমাস্থ মহাকতৌন কি মতুপ, ফিদেক অমন ইকাই থুম্নরম্মি, হুজিক্তি চৈারওব মশিংন য়াম নল্লবত্রুদদি ফিজোন ফিশাংন ইকাই খাংনগ্রে। চাহ য়াম্ম য়াম্মগ ইকাইব খঙজিনবসি ঐ ইথন্দ ঙায়রে।

ইমানব কয়ান চিঠীখেলাদৈ ফাওরকপন, ঠীক'দৈ তোংলকপন, হুমাং মমন নত্রগ নমথাক লৌনমগী মমম্ন পেনদব কয়া থম ইকায়খুম্নরি। ঐদি মায় পাক্লে, ঙায়াই ইবুংঙো, নঙন কুবিত্রবদি ঐন হিংবগী কান্নব লৈক্লে। কনান মুম্বিৎ থাবু কনান মৈ ঈশিংবু লাইনী হায়রুন খুরুক্লৈ। ঐন থাজবদি খঙদব উদব কৌবদ থুমদব নঙন লাইনী। নহাক্তি ঈশিং মমুংদ নত্রগ লৈয়োনমুংদ লৈবনী, মরম অহুন কৌব তাদবনি, নশক উদবনী। উদব নঙবু উনব থীব, কৌব তাদব নঙবু

খুমহন্নব লাক্লবন ঐগী পুন্সিগী নুংঙায়বনি। ঐ খড়িক্ত ইবুংঙো নহাক থমংখোঙসিদ লৈ, নোংমদি শোয়দন ঐঙোন্দ চানবীরনি।'

মুপীমচা ঙাঙেমা! নমাঙ নবুংসু নীংখা তন্ন নুংঙায়ব থিখ্রে। লাওনে ইন খর চিংও—

(R দা কাখং মখোঙ মথুং S তা হান্মগ মুক্রম মুক্রম শোন পদ্মাসন্দ ফন মমিং উইশিন ধ্যান তৌখি। ঙাঙেমা ইন্নফি অম লেংহুম নাই মমাই ফনেক অম তাখং কৌন শেং থাংদ তুঙ্গাল ; কি, লোং অম পায় খোনব থোরকই জগোয় শাথেক্ত, B মনাক্ত অমদি S তা অমুক অনীরক থোন্দুনা য়েঙিঙ, ঙা ফাদে, Background music তৌদ্রিন পী। শাওনীংব মতৌদ লোং লংথেরকই, P দা কাখং ঈন থাই, শোনহুন য়েঙিঙ লক্তে করিংও, ঈন অমুক থাই, শাওহুন মথাং মেং লৈ।)

ইশৈ মতেক ১ শাওরংনন শকই :—

ঈনবু চিংলে থরোই অহাম
লোংবু খোল্লে লোং খজিং
পাংত খোংদ লৈখোম লৈনাং
তীক্ষা কাকৈ তুমিং কাঙ
কন্না কুইন খাঙখিদগে
লাইবক থীবশিংবো?

ওহ...... ঙারাই নংবু কদাই লৈগে
হে শকহেনব, হে ওইনম্ব ?

নশকস্থু উদে, নরোনস্থু তদে,
ফজৈদি হায়ৈকো পাস্মী।

কয়া কুইন খাংখিদগে
লাইবক থীবশিংবো ?

(ডোক্তর হিন্দ ঙাফি শেং makeup তৌ ইরে ইতুন লাকই তপ্প তপ্প Down stage left ত ঙামেম খংই, ওকই, অতুদৈ নিপা ইন লাম্মগ হুল্লি। লক্তে, থৈদোক-লগ হনখি।)

করি ঙা ওইরিদগে হুজিক্তিহুবো ? ইস ফজখ্রেদ, তু থ্যাও চুংইদ। (ঙক্রুন লৈ)

E দৈ ইঞ্জিংবী লাকই মীতৈ ফনেক ইন্নফিন কে

ইঞ্জিং: ঙা কাত্রা মুপীমচা ? নঙগী ফিজোনহুবো ?

ঙামে: ফাদে ৱা অম হংগে ইমা: ঙারাই হায়হু করম হায়ন তৌবগে ? মশক খঙব্রাও ?

ইঞ্জিং: মশক্তি খঙদে, ফাগে হায়রুন ইমাস্থু খৈদেন্দ, লমজাওদ কোয়থি থীরুবনে।

ঙা: খঙদি খঙদন করম ফাদৌরিবা ?

ইঞ্জিং: মশক উবদ পুক্লিং শুম্নংপ, নীংদোল ভীঙ তীঙ চোংলব য়ায় পান্নব, শোয়ত্রে ঙারাইনী হায় নঙ বাবা সাব লাকপন।

ঙা : মহ ঙসি : হায়কেং উরে ঈশিংদ, ফাবদি ঙমহৌদ্রে।

ইঙ্গিং : মশক্কু কমদৌ? ঙা মানব্রা, শা মান্ত্রা, মী মানব্রা? কয়া রাং চংঙই?

ঙা : হয়ভম খঙদে, য়ায় ফাজ য়ায় পাম্মি।

ইঙ্গিং : হৈ মহুহুম ওইরম তোক্করনী। করিনা সিদ বাবা সাবন উইরিবনিদি? ঙদি ফাগে হায়দন।

ঙা : ঙারাই নাংলিবনে?

ইঙ্গিং : খম্ব য়াদ্রাও ঙাওখিজুন তোক্করনী। মথোং খর হান্ন চাদবগ। (মনক্ত) ওহ, তাবিবিব্রাও, থমংখোং লাকপাও? ঙসিগী করিমত্ত চান্দ্রিবাও?

লাকপ : ঐবু উইক্করপাও? ঐগী চাক হাপপ্রাও?

ইঙ্গিং : চানব করি নৈহৌই ঙামেমা?

ঙা : কঙ্গোংগ থরেইগ পানগ থোংব উয়ান্দ খর য়াওহৌই। চাবগী রা লায়রি, বাবা, ঙারাই হায়বহু করি মানবগে? ঙারা শারা, গীরা?

লা : করিগুম্ব শক্কম লৌরগ থোরকপ য়াই। মানি নত্তে খঙদৌবদি পৃক্কিং গুম্মংন ফজব, ঙক্কপাম্ব, য়েংবদ তু থ্যাও চুং নুংঙায়ব। মহাক শোয়দ্রে। নমা ইঙ্গিংবীদি ঙা ফারক্তে।

ইঙ্গিং : ফারক্তে।

লাক : নঙন শেংখিব কিশাংহুদি? শারী?

ইঙ্গিং : শেংতেন ঐদি ভাবন ওইরিনী। করিনো খিত্তং হারুসি

কোক ঙাওদনব। চংলু নুপীমচা নঙ বাবাসি করি করিনো খর পীজরক্ক ঈরাক্কদো শরুক চক্ক মকা ওইন য়ানব ফন কান্নরিপোংনে থঙঙ্ ।

ঙা : ঐ ইন চিংলিসিদি ?

ইঙ্গিং : ঐ অমুক চিংগে। (চিংখি)

(ঙামেমন মখুং শম ঙাওরি ঙাওরিবহু পুশিনখি)

ঙাক্কং : নঙবু নুপীমচা, ঙারাই উক্করব্রাও ?

ঙা : উহৌরে, ইনয়াদ মোংলব।

(ইঙ্গিংবি P দ কাখং নিপা ইন ছনবদ ইধর-উধর চংলকপগ মপা চা ইন্নুংদ চংখি।)

ইঙ্গিং : ঙারাই ইবুংঙো, অমুক্তদি কুবিয়ুসে। (হুল্লি)

ইধর : হৈমা ! ঐদি ঙা নত্তেয়ে (লাওই)

ইঙ্গিং : লেঙমু অহুদি। মুপীমচা খুংলাই পুরকউ।

ঙামে : (থাং পায়) কনানো ইমা ? শহুংলা ?

ইঙ্গিং : হৌদোং মাল্লি, ফাসি। (উতুপন নত্রগ লোঙ পায় ধমকা তৌ মমা মচা তপ্প চংশিল্লি)

ইধর : হৌদোংস্থু নত্তে,শহুংস্থু নত্তে থরাইদদি কল্ল্ ঐ মীনি,

লাকপ : (থোরক্ক য়েং) কনানো হাংত্রিবাও ?

ইধর : লাকপ, থরায়দদি কল্লো। ইধর-উধর

লাকপ : ঙাইথো লাম্মিশা ! (তপন চংশিন মমাই হাংদোক) ইধর উধর করিগি লাকপ ?

ইশৈ :—

ওহ বাবা, ওহ মামা,

হয়াওরোহৈ ঙামেমা।

মচম কুইন খিরবতুংদ, শৈখাং চান খাংলতুং

কারক্রে ঙাস ঙাৰৈম, ঙারক্তগী অথোইবী

য়েংল য়েংল পুক্লিংহূ, শায়র শায়র ওইনম্বি

সিবু থোইন হয়াওব, করি লৈনা হিংবদ ?

ওহ বাবা, ওহ মামা!

হয়াওরোহৈ ঙামেমা।

(হিজুন F য়ৌরব কান্দ শাক্লংবন কাখৎলী, মমা মচান থুপ থাউমৈন ওক্লব ঙাই। নেমলেসন কোয়ন য়েংলগ)

নেম : হবাট নোনসেন্স ইজ ওল দিস ? (শাওব মতৌ)

ঙামে : করি হায়রিনো তাচৌ ?

শাক্লং : ঙকপ্রে, ফজপ্রে নুংঙায়প্রব লমনী হায়রিব।

ঙামে : মমাইদি ইও ওগৎলি।

শাক্লং : (কেঙরিবনী নখোয় নমাংদ। লাকও কাখৎলো, মিংনাইদবি নওগী নকোন ওইরদৌবনে। মোমোন নোকও ঙারৈমা। নওবু লাৎ থম্লদৌবনে।

ঙারৈ : (কাখৎলগ) আই রাজ কিদনেপ্ত এট গনপোইন্ট, আই দোন্ট লাইক দিস।

(মমা মচান ওক্লগ R দ কমথহল্লি। মখুৎ পুনবহ

থাদোকপী )

ইঙ্গিং : করি হায়রিবনো নীপামচা ? শাওবিত্রা ?

শা.কু : ঐবু য়াম্ন নুংশি হায়রিবনি । অঃাও অসুম থ: পীজসি মচুক য়াম্ন লা.ম্ম ।

ই ঙ্গ. : নুপামচা কার কার চানব লৈ — অহাওব ?

ঙামে : অহাওব পীজসি হায়রবদি ঈশিং কম্বোংগ রাইখু কংশোয়গ পীজব তার।

(গমা মচ চংথি, শাকুংবন মকোক লাপ্লে নেম-লেসন মওক হাই মখুংন কম্মোক, মথংাং পায়কুংদ শাওই, খুনীংন থিল্লকই, মখোঙন কাওগে তৌই । শাকুংন শাও, মনঙ্গদ্দে নোংমৈ লোথোক কাপকে তৌশিন্নে মখুং থাঙ্গং লেপই । মখুং থাদহল্লি, পায়ব য়াই। মমায় নানব য়াই, কমহাল্ল। নোংনৈ পোথি।

(খাং অমুব, চকু অমনবদ হাপ্ল পোং পীজনব পুরকই, মমাংদ থম্মী, মমা মচান লোম্ন, লাপ্ল য়েং লৈ। শাকুংবন ১ তা চং মখুং হাম্ম. মাবুস্থ কোরগ হাম্নব ইঙ্গিং তৌই, ঈশিং থাবিরপ হামহল্ল। শাকুংবন কম্মীম্নরগ কম্বোং লোচুন চায়, রাইখু মখোঙ ১ পায়থংলগ মুম্ন য়েংই, মনম নম্মি, শুগংলী। থমগে তৌই। (শাকুংবন নোংমৈ পায়রগ) "চাও চাদব য়াদে হিংনব" থমকা তৌবদ কিবন তপ্ল তপ্ল খিভং চায়, শায়চুন য়েংই, ভইনম্ব মতৌদৈ, য়োংখি।

অমুক লৌরগ গ্রো গ্রো শায়, হাওন চায় মহীকাও থাজংতুন থকই। অমখেস্তু লৌ চায় মমৈদ লেকই। শাকুংন "ঙাকু, লেকনু খিংতং চায় হিংব ঙম্মু" লেকপ তোকই, মথুং হামলাকই।

শাকুং : মসিনী হৈমা ঙারাই হায়বতু। বাবাগি কদায় চংখি?

ইঙ্গিং : চংথোকখি লাকুনী।

শাকুং : মসিগী ঙাসিবু করম্ব ঙায়োক চকুন য়োকগে?

ইঙ্গিং : (C দা থিল্লগ) মরাই থংব ঙায়োক চকুদ থম্মু, বাবা লাকুগ য়েংনসি, মানী নত্তে হায়ব।

মেমলেস কোয়ন য়েঙ্গিঙ, মথুং পায়রগ শাকুংবন "C" দ পুসিন চংখি, ঙাইহাক য়েংহল্লগ। (music: ওহ, বাবা, ওহ মমাগী টিউন্দ)

ঙামে : মসিবু ঙারাই হায়বহ্ ওইরমগদ্রা? থাজদে ঐদি।

ইঙ্গিং : ঐস্তু করা থাজদে। বাবাদ ংলেপ থঙনী।

(শাকুং নোংমৈ পোরগ থোরকই) শোহ্ নোল্লম্বরা?

শাকুং : নোল্লম্মে। (D দ চংখি) মুপীমচা, সাবন খুদৈ পীরো, ইকুজকুগে।

(ঙামেমা মতুং ইনখি। ইঙ্গিংবী হঙ্গৎ হন্দা চং রাখল তৌই। মমথরক্রে অমুক ওম্র)

ইঙ্গিং : থায়নদি থমংখোংসিদ ইন চিংবদ মরোল লোক্কব ঙাজাও য়েংবৈ পেন্দব কাখি হায়নব ভায়। ঐস্তু কজগ্রব চাওগ্রব অমত্তদি কানীংগ্রেদ।

নীপাইন নংত্রগ থৌরী কোঙ্গোয় পানব পুখং P দ কাখং হুল্লি মায়ৈক তনীদ।

(খুলং ইশংগুম শকই—)

ওহ শাবি ইবুংঙো মুংশিব ঙরাং মংলানচাদবু কোয়-রক্লম্ব, থংলেন মঞ্জদি পাম্মবও, নঙবু কৈদৌগে শক-হেনব, নশনৌ থরায় হুর ওভনব, লৈবাক মীমংদ লেপ্লজনব, তাইবঙদ অমুক্রম্ভ মঙফাওনরোগব? (ইন শোল্লি, লক্কে। থৌরি মতোন কোঙ্গোয় য়াওবহু খন থক চিংলকই। খংই, মুংঙায় মতৌ উংলি, মফি শেম্মি, জগোয়গী মতৌদ ঙা শাব বেঙগ মখোয়নী চিংনৈ। অমন অমুক ঙম অমন অমুক ঙম, মমৈদ ইাঙংবিন ঙম ফারে, লৈকংদ পুখংলে। মচানুপা কোরে, থোরক্রন য়েংলৈ ফমইল্লি R দ)

S ত কাখংলগ মাংঙৗশাব বেঙ ঙকই।

বেঙ: নমস্কর দেবি, আপনি কি করছেন? আমিতো মাছ লোহোই! ঈশিং শুমদোকই)

ইঙ্গিং: খঙেঙ থম্বাল সাহেব, ফমুংদ বৈঠো।

(চিংশিল্লগ ফমইল্লি R দ)

ঙামে: করি হায়রিবনো ইমা?

ইঙ্গিং: ঐখোয়ন নহালমখৈ ফাগে লুম্মকইব ঙারাই হায়বদো মসিনী অশেংব। ঈশিংদ ফন চোংথখিদনব লাও মখোংদ থৌরীন পুল্লো। মবুক লাম্মে করি করিনো

